ফোংজবী —
ভরিউঃ অঙোবী
শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই ইম্ফাল

অহানবা ফোংবা
ডিসেম্বর, ১৯৮৪ ই
মশীং—৬০০




মমল লুপা ১০্

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী অয়াবা পেনগী মতেংনা অমদি মণিপুর ইডুকেসন ডিরেক্টোরেট না পীনবা অতাবা মমলগী চেঙা মগুণা ফোংজবা।





ছাপা নক্ষম :— ডি পোল প্রেস
শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই, ইম্ফাল।

# শহীদ তর্পণ

( শৈরেং )

খোঙাম ইবোতোন
শিংজমৈ খোঙাম লৈকাই, ইম্ফাল

# নোঙ্গ ৱাহৈ খরদং

শহীদ তর্পণ অইবগী অহুমগুবা লাইরিক্কি। মসিনা খুংই ওইরিবৈদা পাবিহুনা তাথোক তাশিন অমদি মমল য়াম্লবা পাউ-তাক পীনবিখিবা অমদি ৱাহৈতনা ওইরবস্থু পুক্নিং থৌগৎপিখিবা মরুপ-মপাং খিবিক অমদি মসিগা হেক মরী লৈনবশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি॥

থোইদোক্লা সোস প্রেস-কী থবক পুবিরিবা ইচিল-ইনাও অমদি ইচল-ইচেশিংনা তেল্লবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজবদা অৱাবা শরুক য়াবিখিবগীদমকস্থু শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরবনি॥

অমনা লাইরিক অসি লৈবাক খ্বাইগী মাংদা পুথোকচনবা হোৎনজবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী না শেলগী অয়াবা মতেং অমদি মণিপুরগী ইডুকেসন ডিরেক্টোরেটনা অহোংবা মমলদা চে পীনবিবগীদমকস্থু লোইশঙ অনি অসিগী থৌবুরেল অমদি ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিদা শৈরেংগী পরীংদি কায়দনা আমায় ৭৩ দগী ৭৬ ফাওবা অনিরক হল্লিনখিবা অসিগীদমক পাবিরিবশিংনা ঙাকপিগনি। লোয়ন লোয়ননা লাইরিক মচা অসিবু মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলগী লৈচল অমা ওইনা লৈবাক খ্বাইনা লৌশিন্নিরবদি অইবগী হোংনজমলগী মহৈ য়াল্লবনি।

—অইবা

# লাচন-লামায়

| লাশিং | লাচন | লামায় |
|---|---|---|

*

# শহীদ তর্পণ

## য়াইকরসি

শন্নাং লুমা, কিশি-নবদি
পন্থৌ হায়না মিংঙ্খৌজগে ॥
শম্লা, লুত্তুং কিশি-নবদি
পলেম ইমা মিঙৈঙ্জগে ॥
শগ্লাং লরাই কিশি-নবদি
গুরু শিদবা কোলোইজগে ॥
ফনেক খোইদোম শেংলিঙৈ
শম্লা, লুমা, কোইকক্লবনি ॥
লুত্তুং কিশি পরৈনদ্রিঙৈ
কোলোই লৈশাবী কৌবনি ॥

কদায় হৌজিকী কংলৈপাক
ইমিৎসিনা পেম্না উত্রেনে॥
লশিং লুপকুম লুপখ্রেনে
কুরাক পাইগুম পাইখ্রেনে॥
মাঙলেনে পুংমক মাঙলেনে
মীগী মীতৌদা মাঙলেনে॥
লোইবী চীংশাদি লেঙদরিদো
লোক্তাক মিংশেলদি ওইরিদো॥
কৌব্রুনা লবাই শক্লিদো
কংলানা খোইদৌ ওইরিদো॥
তুরেলনা খাংচেৎ লাক্লিদো
চীংঙা পীশুম লেরিদো॥
নৈরাং নৈখল শুরিদো
হৈরাং হৈখল রাক্তেদো॥
চীংনুং তান্না খোংলিদো
তমগী পোর্স্বী চেকস্থ নোংপ্তেদো॥
মালংনা লীরি হুম্লিদো
লৌবুক্তা খোম্বাং য়ৈরিদো॥
কংলৈপাক মুংশিজরবা কংলৈপাক
কোলোই ইমা কংলৈপাক॥
মহোশাগী নৈশেম হোংদরি
মাঙবা য়্যারোই কংলৈপাক॥

সনামহিনা নিংথৌ ওইরিদো
ইমা লৈমরেল শিদরিদো ॥
লংথরে মউ লিংলিদো
লৈশং খেকরাইবা নোক্লিদো ॥
কলাগী পুকৈ চোল্লিদো
সংস্কৃতিগী ময়েং তাদরিদো ॥
চীংমী তম্মী 'পুম্বা
কাউরবরা ইমাবু নখোয়না ॥
ইমাগী ফৈরা তাজিন্নক
য়েংকা ওইগা পম্বদাই ॥
খোয়াং নাম নাম থকঙৈগী
খোয়াং লমন শিংলরোইদ্রা ॥
মতম ওইদ্রিবরনে ইপাচাশা
অমাং অতোং হোংলসি ॥
শন্দ্রেম্বী ওঃ খোরক্লো
নজুম পোন্দেল শাবীগে ॥
লাই খুবাক খুবীগে
হো য়া-য়া য়াকৈরসি ॥



# লৈতেং

ঙাল্লি থাজনা শংবানবা অতিয়া মকোয়দা
তগুপ তরেং থোক্লিবা থরানশিংগী মরক্তা
অহিংগী অমম্ববু কোকহন্দুনা লৈতেং ওইরি ॥
ঈপাক্তা থরো থম্বালনা ফুগায়না শাংলি
খোইমুশিংনা ঙংনা পাইরি, লৈহি থিরি
নিংথিবা পুখ্রি পাংশিংগী লৈতেং ওইরি ॥
লেপাক প্রজাগী মপী মপা শক্লি নিংথৌনা
পাত্র মন্ত্রি অঙম অথৌ শুনা তিম্বদা
ইনিংথৌ লেংথোরকপনা সভাগী লৈতেং ওইরি ॥
লৈরাং পাম্বীদা লৈরা না ফুগায়না শাংলি
হৈরাং পাম্বীদসু হৈরাং চুম্না পাক্লি
হৈরাং লৈরাংনা পাম্বাগী লৈতেং ওইরি ॥
মপা মমাগী মচা মণি পোক্লি
মচাশিংনা মমা মপাগী সেবা তৌজরি
মপা মমাগী মচানা লৈতেং ওইরি ॥
নুজাগী ঙকশমদা সনা লিকফাং শীরি
সনাগী মগুণসু নুজাগী নিংথিবসু ফেংনরি
অমনা অমগী মপান-তাং লৈতেং ওইরি ॥

ভুরেলনা লাইজ পুহ্না লেপ্তনা চেন্থরি
পাৎনা লাইজ ঈশিংবু পুকথেম নাওথেগ্নি
পাৎ ভুরেলগী লাইজনা লৈতেং ওইরি॥
উমংনা পাক্না শনা লোম্নাইদনা শন্দোক্লি
নিংথিবা খুৎশেম্না প্রকৃতিগী শক্লোন উংলি
উপাল-ৱাপাল উরী ৱারীনা উমংগী লৈতেং ওইরি॥
লোইবী চীংজাউনা শাথ-লেংথ লেদনা লেপ্লি
অকন্বা নোংলৈ নুংশিৎ মাইরোং য়ারি
খাঙবা কন্বনা লোইবীগী লৈতেং ওইরি॥
অশ বা লৌবুক লম্কাংনা তা-ম্না লৈথ্রি
অশংবা ফৌনাদা মালংনা লীরি হুম্লি
মহৈ-মরোং চুম্বনা লৌবুকী লৈতেং ওইরি॥
মহৌশাগী খুংশেম প্রকৃতিগী শক্লোন উরি
খু শেম লৈশেম ঙম্মক মীওইবনা শাগোন্নরি
কায়দবা খ্বভুনা মহেশাগী লৈতেং ওইরি॥
তাইব দা অশেংবা মৎপ ফ বা তান্নরি
তাইবং মালেমগু মকপ্না লাইরৈবাক ওইহল্লি
লেংদ্রবা মরুপ্না তাইবংগী লৈতেং ওইরি॥
মীওইবগী লৈতেং ফিজেং চাকচানা ওইদে
সনা লুপা হীরা মণি মুক্তানসু ওইদে
নোংলুকপা পাঙাং মীহনা লৈতেং ওইরি॥



## মীরেলশঙদা

শিবনা ফরে লেপ্পমাল্লে
নুংজা অমা শিবে ॥
লকু মকক পাংখক্লবে
মীরেল শঙদা পুরক্লে ।
ডাক্তর অমা চঙলক্লে
খুংতা খুংলাই পায়রক্লে ॥
পাক্লম্বা ফিজোল হাইদোক্লে
লেনগে থৌবাং তৌরক্লে ॥
ডাক্তর নহাক্নু উবদা
অশিবহু মথুং হাইরক্লে ॥
তামো হায়না কৌরক্লে
খোইরুম মোমোন তৌবক্লে ॥
খোংল মেল ৱাহৈনা
তপ্পা তপ্পা হায়রক্লে ॥
ঐগী হকচাং শোকপিনু
ইকাই খীবী নুংজানি ।

ঐগী থোং-ল হকচাংনি
পান্মু মঙোন্দা কংগ্রবনি ॥
সুংশি চেংলৌ উত্রেদো
পান্মু সেবা ফংত্রেদো ॥
খরাই হকচাং অনিমক
লৌনম্বা মানা মীরাইখিরগ্রে
সংসারসিবু থাবা পামত্রুনা
তাইবং চেংজেল লোয়্রেদো ॥
অশি ফিজং মরুমদা
ঐদি তোপ্পা লৈরেদো ॥
হকচাং কায়াং খুদিংদা
নুংশি ঈচেল চেন্থনি ॥
তামোনা শাক্তি ওই
মালেম শিন্না খঙহন্নিয় ॥
লাইবক থীবী নচন্দি
লাঞ্জদবীনি হায়না তম্বীয় ॥
অসি ঙমদৌ লৈরদি
নচনগী হকচাং লেন্বিরো ॥
মচলগী মতৌ উবদা
ডাক্তরত্ন ভুমিন লৈগ্রেদো ॥
মচলগী নুংশিবা উৎত্তুনা
মিংলু পিরাং শিন্থরক্লে ॥

শেংল হকচাংনি খন্দুনা
থোংল হকচাং শোক্লমদ্রে ॥
ইকাই থীবীনি খন্না
তন্না ফিজোল কুপশিল্লে ॥
মাইন্নু পেমচা নিংশিংলক
মৈতৈ চন্নু য়েংলক্লে ॥
থম্মালন্নু শৈরোল শৈথারক
থম্মোইদা খোন্থাং য়ৈরক্লে
সত্তি খোংনাং নুংশিরক
হুমিন ডাক্তর থোরক্লে ॥



## ভালো ময়ামগী অয়ো ইতোমতা

ব্বনাম য়েনশিল অমা উবদা
ময়াম চঙনা য়েংলম্মী
হৌজিক্না য়েনশিলনা পল্লোনদ্রে।

ঈশিং মচা কবোকং মপালদা
ময়াম হৌনা কল্লই
হৌজিক্তিনা ব্রাথোক ওইনরে।

লৈকং থংোই অমা পুরকপদা
অনৌবা অমা ওইখিবা
লৈবাক অসিদা লান্দারক্লে।

লৈম নিংথৌ খুংলাই ওই
ময়াং লম্বোইবা লাঞ্জংদা
বংলৈ মচা ওংখিয়ে॥

মৈরিক্লা মৈজাও তম্না ওনখিবা
মৈরি মনিং তম্লকপা
মৈত্তে পুয়া লামখিয়ে ॥

লোঙ্গা লৌথুপ্লবা ময়াং কাকসে
চেক্লা মরৌ লৈবনি
পোম্বী মচু শেংদেনে ॥

লাইনিং পথাপ হোংলমদাই রাশক্তো
নোংখ্রঙ ঈরুপ ঈহনখ্রে
শরি পন্দোম লোমখ্রে ॥

মপারী মমোম মশক তাক
নুপা থৌদাং উৎলসি
নুপী মঙম পাঙলসে ॥

পিক্লা মঙাল তানা পাম্লম্বা
ঈনাৎ পরিঙ থারম্বা
ঈংনা তপ্পা লীরসে ॥

নোংচুপ হারম ঈখায় ঈনোৎনা
ময়াই ঈচেল শেম্লম্বা
তপ্পা ঈখায় পীরসে ॥

করিগী কাউবনো করম্বা নিংশিংদবনো
লাইনা শেম্বা লৈবাক্কি
মীনা শেম্বা লৈঙাক্কে ॥

হেদো হেরাও মথে লাং
ভালো ময়াম হায়বনে
অয়ো ঈদোম শোয়বনে ॥

ইরান্‌দা ওইরবা কংলৈ 'চাশা
সিকপ তম্লো য়াহৌরো
ক্‌লৈ ইমা নোকহল্লো ॥



## পূর্ণিমা থাজ

পূর্ণিমা নৈমাই পুম্বা থুনা
মেল্লি মহাক্কী মঙাল মেলবা
অমম্ববু কোবহল্লি তাইবংপান'সিদা ॥

হায়নরি মৈতৈ ওইবশিংনা থাবলদা
মেবা থাগী, বকচেনা চংপা উই
মালেম তাইবং ফম্বাক 'থকসিদা ॥

অস্নকী মতিক ফজ ঈই
পুক্লিং ভুনবগী মশক্লি, লংই
মীওইবা জাতিগীদা নংনা যেবদা
অতৈ অতোপ্পা জীবশিংগীসু মালেমদা ॥

থাবল ঈবিক য়াজবি নোংইনসু
মাদ নঙে থাবলগী ঈপামদা
হেনজবা ভাওজবা জাব কয়াগুনি
অহুবু য়েখায়বসু ময়াওরি থাবলনা ॥

মচা কায়নবশিংনা পূর্ণিমাবু উজরগা
ইংনা মেংলবা থাবলবু য়েংজরগা
নিংশিংলি মচাগী চেংলৌ নিংথিবা
থাবলগী মতৌগুম কুচু অহেম্বা।

মৈয়গনি থোপতা নিংশিংবগী মশেরা
পোমগনি নিংদোল মচাগী রাথলদা
হেনগৎহনগনি মৈচাক অরাবা নিংঙমদবা
কায়নগ্রবা মচা! নোংদোলগী পূর্ণিমা।

মপুরোই পলেম পম্বৌ কায়নবা
মচিন-মনাও, অপাম-মুংশি কায়নবশিংদস্থ
অরাবগী মথক্তা অমুক মৈচাক
মুংঙাইতবগী মথক্তা অহোইননা নিংঙমদবা
হেনগৎহনগনি ইংলবা মেরাগী পূর্ণিমা।

পাপকী মশক ওইরবা জগৎ
পূন্যগী মশক ওইরবা জগৎ
নোরোক্তা মান্নরবা তাইবং মালেম
স্বর্গগা মান্নরবা তাইবং মালেম
মী মীহুগী মতুংইন্বা সংসারনি।

অফ-অগু, অরা-মুংঙাই
অচৌ-পিশক, লাইর-অনং
অশিন-অয়াক অথা-অথুম
অহাও হাওত, তাইবং লোনচংনি
জুরা নৈবা তাইবং জগংনি।

পূর্ণিমাগী ইংনা মেংলবা থাবল
থাগংকনি কনানা মাগী খুংশেম
চৈগনি কনানা মাগী খুংশিল
নোক্কনি কনা'মনা, কপকনি অতোপ্প'মনা
অহুবু মপাল নাইদে মাগী থৌজালদি।



## তাইবং খোঙচৎ

অরাবা ফম্বাকথক্তা ইকময়হুনা
অংাবৈ তোরৈ খোঙলুংদা
মকম মরাং খঙদনা
তোফম লাকফম লৈতগুম
ইচম চময়বা মওংদা
তাইবং মীওইপোক্তা পোক্লগা
কঁরম্ব লৈতবা তাইবংপান্নি
উ-পা মওঙম ইথৌবু
মথৌ খঙদবদি ওইদগুম
তাইবং ঈচেলদা চেন্থরিবা
অরাবৈ শরোন পুহুনা
শকফম' হুিল মওংদা
থাখরেদা তল্লেদা খঙরেদা
শোল্ল-শোল্লহুনা মচিন্দা
ইকাইজৈ ইকাইজরে ইকাইজরেদা

অহুগুম্বা খোনফম খোকহন্দুনা,
থৌহ মুংথক্তা লৈফম্বছুনা
চিন্তা পোংলুম মাইপু-না
নিংশিং মশেক্লা স্নৈবদা
তথক-তথকপা মিংয়েংদা
অরা-মুংঙাই স্বরবু
ফুয়না-ফুয়না হোন্দুনা
হৌখিবা পুন্সিগী ইতিহাস
লাতোল খুদিং ফাক্লিবা
অমুকস্থু শক্লোন হজিন্দুনা
তাইবং পোরম কাঙলিবা
নংনা তাকপদি ঐখোয়দা
হৌখিবা পুন্সিগী খম্বদা
মুংঙাইবা কোঙ্গাইস্থু ওইসনু
অরাবা কয়াস্থু হৌখিসনু
নিংদোল হেক পোম্বমখৈ
'হুগুম্বা তাইবং মঙলান্দু
তাইবং মিকপ মঙফাওনহুনা
ঐগী হৌজিকী ইথোবু
তুংগী পোরম য়াংতুনা
পাংথোক্লবা হোংনজবা মহৈনা
মপুনা তম্লম্বা শিন্থানি

ঈশ্বরনা পীনবা মবানি
লেপ্তুনা চৎপা খোঙচৎতি
থাইবং মপুগী খুংশেংদি
—অনিরবে মরুপ্রোই।



## তাম্না

হাদা তাম্না শকউদবী
লমদম কৈদগীবু খোংলকপনো ?
খিজরি কোয়না চংতুনা
পাঙ্গল পুন্থা শিজিন্নদুনা
অঙম্বা উপায় থিংদুনা
পুক্লিং রাখল মাগ্ননা
লীচিং অমত্তা ওইদুনা
তাম্না নংতবু ফংনবা
শক্তম লাক্কুনা মঙোন্দা ॥
অদুবু মহাক্কী তাম্নাদি
ঐগী ওইয়ু তন্নমদ্রমাল্লে
নোংদম্বা বিধিনা লাইবক্তা ॥
শকউদবী ঐগী তাম
মাইগৈ কদোমদগীবু খোংলকপনো ?
কনাদবু শক্তম লাক্কুনা
কংগদগে ঐগী তামদি

খিখিগনি আত্মানা লৈরিখৈ
শকউদবী শকখণ্ডদবী তাম ॥
উদমা খোংগদবগী শরুক্তা
নিংথীবী নংগী স্মরনা
কোংদনা উংকদবগী মহুংতা
শকহেন্বী নংগী মাইথোংনা
খোংলরোগবা নিংথীবী স্মরনা
তাক্লরোগবা শকহেন্বী মাইথোংনা
তোংলরক্লনা থম্মোয় অক্লাদা
নখৌ পোঙনা নিক্লরোগবা
ঐগী থম্মোই অতিয়া
হুকচরগে প্রেমগী জিঞ্জুর।
হাদা তাম্না শকখণ্ডদবী
লমদম ক্দগীবো খোঙলকপনো ?
হাঃ ঈশ্বর থৌজান্নিয়ু ননাইদা
করম্না ফংগনি তাম
বরম্না থিগনি তাম
অহুবু ফংদ্রবস্থু কৈদৌনুংদা
থিখিগনি লৈরিমখৈ আত্মানা
শকখণ্ডদবী শকউদবী তাম।
নোংমদি ভক্ত অমদা
মাগী লাইনিংদা পেল্লহনা

শেংলবা থম্মোইবু উহুনা
মিরবা খোঙ্জেল অমনা
থম্মোই কুঞ্জ লৈকোলগী
থুপ্লবা কাচিন অমদা
পোমলিবা থম্মোই লৈরাংবু
লৈকা ফম্না শাংকাইহন্দুনা
থম্মোই লকাম্নুং নিহুলন্দুনা
নাপ চিক্লা লোন্না
অসুম্না হায়থিবগুম তাথি—
থিগম্মু ঐবু থাপ্না
লৈবনি ঐদি নক্লা
থম্মোইনা ঐগী কায়দোংনি
পুক্লিংনা ঐগী শাদোংনি
বাখলনা ঐগী শক্তিনি
অরেপ্পনা ঐগী পুকচেলনি
ওাকপিবনা ঐগী শক্লোন্নি
মুংশিবনা ঐগী ইমিংনি
অচুম্বনা ঐগী শক্তম্নি
খৌজালনা ঐগী থৰ্ম্মনি ॥



## মান্নহন্নগী খুৎনা তিংথোরক্লবদা

অমুক পোক্লবদি অমুক শিবা
নোংদম্বা মানা লাইবক্তা তমগ্রবা
বিধি মানা য়েকগ্রবা ময়েক
লিংপা য়াবরোইদবা হমগী চৈথেং
তশেংনমক মপু মাগী খুৎশিন
ওইবা তারবদি হে মীওইবা
শিরগা লোংবদি কারি হরিনো ॥

মাঙত্রগনি পঞ্চভুতকী হকচাং পোলাং
লৈররোই যজবা শক্তা নাপল
লৈহৌরগনি সনা লুপা লন-থুম
য়ারোই খক চংমিন্নবা লোংননা
নিংশিংলরোই অমুক অচাওবম কারবা
ফংলরোই য়েংনিংবা তানিংবা তাইবংগী
লোইরে শিন্নবদি পুন্নমক অরেম্বনি ॥

অহুবু হেঃ তাইবং মীওইবা
ফজবা মিৎশে মিংচং উরোংদি
নিংথিবা মাগী লমচং ব্যবহারদি
শুম্লাংপা মাগী রাঙাং শাঙা দি
লৈহৌবগনি অমব খুভম ফঙহনা
মুমিং থা থরাইমিচাক্লা মুত্রিতৈ
সংসার জগংনা লে দনা লৈবিগে ॥

অহুম্নসু ওইসনু নুংশিরবা মরুপ্লোই
করিসু নত্তে িবা হায়বসে
ঈশ্বর মানা অশিবগী শক্তমদা
শাইওন্দুনা মতিক্তা মীওইবা ঐখোয়দা
নাইদে মহাক্তি মাচং মীখায়
লৈতে কৈদৌনুংদা অচান মীরায়
লাংওন্দু উৎপতনি ঐখোয় তাইবংদা ॥

অরা নুংঙাই লাইর অনং
ইনাক খুম্বা অচৌ-পিশক খায়দনা
অফবসু ওইসনু ফত্তবসু ওইসনু
লোইরগা মহাক মহাকী মতমত্
পুন্নমক অসি লম্বীদা চংখিহনা
নোংমদি ইবুংঙো মাগী নাক্তা
ল্যাকদি হায়বা তাকপনি শোয়দনা ॥

শিরবদা কদায়দনো লন-থুম
শিরবদা কদায়দনো শক্চী নাপল
শিরবদা কদায়দনো কাবম্বা অচাওরম
শিরবদা কদায়দনো অচান মীরাই
অচৌ-পিশক লাইর নুংঙাই
ঙম্নমক অমম্বা ওইনা মায়হনখ্রে
শিরবদা অশিবগী ফিজ খঙিনখিহ্না ॥

ঐখোয় মীওইববু শিবতনা মায়হল্লি
নোংদম্বা বিধিনা য়েকথ্রু' মন্নেক্লি
লিংপা মাবরোইদবা যমগী চৈথেংনি
ঐখোয মীওইবনা ঈশ্বরবু কাঙ্গথ্রবদা
ইবুংঙো মাবু অমুক নিংশিংহনবা
ঈশ্বর মাগী শোইদ্রবা খুংশিন্নি
ঈশ্বর মাগী মক্রুবা থৌজান্নি ॥



## হোংনরসি পাংথোক্লসি ইথৌদাং

ঐখোব পুম্বনা মীওইবা হায়বা মিংথোলসে ফংজহনা
মালেমদা লৈজবা ফংজহনা তাইবং জগৎনি খণ্ডনরি।
মপুগী শিন্থা মতুং-ইন, থৌদাং মচম পা থোকচনবা
মীওইবা জগং মবক্তা মীওইনা লৈমিন্নজবা ফংজরে।

মীওইবা ঐখোয়গী লৈজৈ তোপ তোপ্পা গুণ
অংগুম্বা গুণ অহুতনা মপুগী ভমথং ওইরিবনি।
হিংহনা লৈবা ভমজরি কনাগীসু মীখা পোন্দনা
মীওইবা ঐখোয়না নিংথৌনি মালেমগী জীবশিংগী মরক্তা॥

লাইনা শেম্লগা মী ওই, মীনা শেম্লগা লাই ওই
ওইহন্নিংবতা ওইহন্বা ভম্বা শেম্নিংবতা শেম্বা ভম্বনি।
ঐখোয় মীওইবা জাতিনি ঈশ্বরগী ভনিশুবা শায়োন্নি
অম্বু অদোবদি লৈরে ঐখোয়গী ইরক্তা খেন্নবা॥

কনামগী অশাওবা মিংয়েং কনামগী তাথিবা বাহৈ
কনামগী অশাবা স্বর কনামগী য়ৈখাই-থিনগাইনি।
কনামনা মপান্থোক্তা শিংনবা কনামনা নাবোন্দা লুম্বা
পুম্নমক হৈন-শাজং ঙম্নমক মীওইবগী লৈত্তেং ওইখরে॥

থম্লগনুসি মশেল হেংথিনবা পাঙথোকমিন্নরসি মপুগী
নিংশিংলসে ঐখোয় পুন্না হমা অমত্তগী মচানি।
অমা তৌজবনা মানা ফংই, ঐনা তৌজবনা ঐনা ফংই
মানা নুংঙাইবনা ঐগীনি ঐনা নুংঙাইবনা মাগীনি॥

ধর্ম্মনা লেপবা উপানি ধর্ম্ম হায়বদি সত্যানি
সত্য হায়বদি ঈশ্বরনি ধর্ম্ম বায়দনা চংনসি।
নুংশিবা মাবু তমজহুনা থম্লসি ঐখোয়লক্তা নুংশিবা
শেম্লসি বিশ্বজগং অমা নিংথিবা বিশ্বপ্রেম্বু তমজহনা॥

ঐখোয় মীওইবনা ইশাগী ইরমচং মাংহনখ্রবদি থওইদহনা
ঐখোয়গী ইখাদা লৈবা জীবশিংগী লমচংস্ত্র হোংলক্লগনি
মতমত্তদা ঐখোয় মীওইবনা মীওইবা অমুক ওইদ্রবদা
বদাইদা ফঙ্গনি মীওইনা পোকচবগী মীওইবগী নুংঙাইবা॥

ঐখোয় মীওইবনা শারমচৎ চংলক্লনা শা ওল্লরবদি
অঙম-অঙম্বা তুহৎনরক্লবদি মীওইবগী অর্থ অমুক লৈররোই
মীওইবগী ধর্ম্ম মীওইবগী সত্যানা মাঙবা হৌরব্রবদা
প্রলয়গী মৈখুরক্তা কপ্পুনা লৈগ্রগনি ইমাদি লোংনা॥

থিরসি অচুম্বনা কদায়নো ? য়েংলসি ধর্ম্মনা করিনো ?
খঙলসি ঐখোয় মীওইবগী পুন্সি মীওইনা পোকচবগী।
শেল্লসি বিশ্বপ্রেমগী বিশ্বজগৎ অনিশুবা লাইরৈবাক মালেমদা
ঙাহল্লসি তাইবং জগৎ ফাওনা উৎলসি তৌবা ঙম্বা॥

ঐনা তৌজবনা ঐনা ফংজৈ মানা তৌজবনা মানা ফংজৈ
ধর্ম্মনা লেংদবা উপান্নি, ধর্ম্ম হায়বদি সত্যানি।
সত্য হায়বদি ঈশ্বরনি, অসুম্না ঈশ্বরগী মিথৈ শোপ্তহনা
ঐগী ঐগী ইথৌ পানরবদি শেল্লঙম্লগনি বিশ্বজগৎকী বিশ্বপ্রেম

ওইহন্বা ঙম্লবদি শেমহনা লাইরৈবাক অনিশুবা মালেমদা
উৎপা ঙম্লবদি জগৎ ফাওনা বিশ্বপ্রেমগী বিশ্বজগৎনি।
খুদাং পিফম কোক্লুনা হরাও মীনোকনি ইমানা
হোৎনরসি পাঙথোক্লসি ইথৌদাং খঙনা ইমাগী পেন্নবা॥



## পুন্সি চাংয়েং

ৱাগী মতোল লোম ৱাতোল্লোম
উগী মতোল লোম উতোল্লোম
চীংগী মতোল লোম চী দোল্লোম
অমুক্তংবু কাবু কায়বদি লেপ্তুনা
মতোল লোমখিবা খঙহৌরোই নোংমদি।
অমুক্তংবু চংপু চংলবদি লেপ্তুনা
পম্বুংফম য়োৌখিবা খঙহৌরোই নোংমদি
নোংম নোংমগী থাংখিবা খোঙথাঙনা
তাক্লিদো পুন্সি পম্বুংফম য়োৌবদা
নোংমা নোংমগী নকশিল্লক্লি হায়বা॥
পুম্নমক্সিবু কাউহন্বা ঙম্বা মরম্না
মায়াগী সংসারনি হায়না তেংথানরিদো।
লেপ্তুনা চংপা মতমগী খোঙচংনি
লেপ্তুনা অহুম মচংখিনি মহৌখিনি
ঙাইবদা কম্বু য়েংবদা হৈরু

নোংমদি পুরক্কনি মতম্না মনা
তৌজ-তৌজরকবা কর্ম্মগী ফল।
য়েংউ কাক্কবসে হাতোল লোম
উগী উতোল্লোম চীংগী চীংদোল্লোম
খোঙথাফম অমুক লৈত্রবদা মহাক্কী
কুমদবা য়াদেদো মতমগী মতুংইন
অসুম্না লেপ্পনা কুমথরক্কবদি শোইদনা
য়ৌগনি নোংমদি মালেম লৈদা॥
মীওইবগী পুন্সি থম্মাথকী লাইজনি
লাইজগী কোঙ্গোলনি লোক্তাক য়াইগী
অসুক্কি তেল্লবা মমলদি নাইত্রবা
পল্লেপযমসু খঙদ্রবা মীওইবগী পুন্সিদা
হরাওনিঙাইদি লৈতেদো নুংঙাই হায়বগী
য়ানিংঙাইদি লৈতেদো ঙাই হায়বগী
নোক্নিংঙাইদি লৈতেদো মিকুপ অমত্তংগী
কপ্নিংঙাইদি লৈতেদো অৱা তেংথাগী
মাংদা উরিবা আসনা খুবাক্কি
খুবাকসে ওঙ্গোক্লগা লৈরিবসিনা খুনম্নি
খুবাক্না খুবাক্কি খুনঙনা খুনম্নি
মীওইবগী পুন্সিসু খুবাক খুনম্নি॥
ঈশ্বর মানা থারকইদো মালেমদা
অঙকপা চানয়েং মথক অমা

কাইদো.হন্দূনা মতমগী কাউশিং মথক্তা
করম করম্বা মীশক্লো খঙনবা
চাংয়েংহগী কোলোই মিংলেন্‌বু হায়রগা
সংসারগী অরা-মুংঙাই কৌইদো ॥



## পুন্সি য়াচংলকপদা

নোংদোল লিক্লা তারক্লে
কোরৌ মৈশা নেম্লক্লে ॥
থাগী নুংশিং অঙৈংবা
লীরি খোঙদোই হুল্লক্লে ॥
কাওরেল যন্ত্রী যন্নাউস্নু
ওস্নমক যণগুম যণগানরক্লে ॥
পোম্বী চেক্লাস্নু উফৈ-থক্তা
মপুগী গুণবু শোল্লক্লে ॥
নত্তবা পোম্বী চেক্লাস্নু
মহুম মাইগৈ পানরক্লে ॥
হারি কোবী চেক্লাস্নু
য়ুমথোং খুদিং য়ৈনা
সন্ধ্যারাইরম ওইরে তাক্লক্লে ।
য়ুমকোইবী রমণী খুদিংস্নু
ধুপকী থাউমৈ থানরক্লে ॥

খুপকী নুংশিবা মনুম্না
মালংগা য়াওনা চাইথোরক্লে ॥
গীর্জ্জা মসজিদ মন্দিরশিংদগীস্সু
লাইশোল ঈশৈ তারক্লে ॥
পুক্লিং হুনা নিংথিজৈ
নুমিদাংবাইরমগী অসিগুম্বা দুখসে ॥
পুক্লিং অসি নৌথোকই
তাইবং মপুবু নিংশিংলকইনে ।
নুমিদাংবাইগী ঙাঙ্গাম্বা মশেক্লা
তাইবংগী অচং চত্তশিংবু
ঙম্না মচু শংবগুম
ইবুংঙো নংতগী নংগ্না
নংগী মীনুংশি থৌজাস্তনা
পুক্লি গা অচিকপা কাচিন্দা
লোংতুনা লেরিবা শৈতানশিংবু
তাম্বোকপীয়ু হায়না থুরুমজরি ।
লোইন লোইননা ইবুংঙো
ননাইগী পুন্সি য়াচংলকপদা
ইবুংঙোগী মীশ্লেবু শোঞ্জবা
নতিক নগুণবু শকচবা
পাংজদ্রবা লৈয়েংনা খৎচবা
অসিতা ঙমজবা পীনবিয়ু ।

পুক্নিংগী ফত্রবা শৈতানশিংবু
মরু ফংনা তান্থোকপিদুনা
ফজবা মুংঙাইবা অচুম্বগী
ভুংনফম ওইবা আত্মাগী
পোথাশংবু ওইনা থম্মিবু
পুন্সি পৌদাং লোইবা ঙাইজগে।



## নোং-নুংশিং

নোং চুরে ঝম ঝম
ওরো ওরো য়ুরে ইমুংসে
তাওথরে তাওথরে ঈশিংনা লোইরে
খুবীমুক পাকপা জগা লৈতবে
ফমুংস্থু লোইরে মোনপাকস্থু লুপ্লে
পুমলুপ লুপ্লে পুমতাও তাওরে
নোংনি তৌরিসিস্থ লেপ্পা লৈতে
খরি উতি চুমসি মঙাইরে
ওরো ওরো ুরে তাওরে
ওন্থোকপনি লৈফম লিংফম লৈতরে
অস্থুক চাওবা য়ুমজাওসে করিনিয়েগে
লৈরংস্থু উয়ানস্থু কন্না ঙমদরে
থাউ মরিকী উয়াগ্নিসে শারবা
নোং মরিক চুম্না য়ুরক্লেদা
ঙাগী মহুত্তা ঈশিংনা ঙৌরেনা
যৌ-যৌ লাওরেনা উয়ান্দা ॥

হিসঃ নোংদা নত্তে মুংশিংস্থ য়াওরক্রে
য়ুমনে হায়দনা তৌরিবসিস্থ খঙদরে
শিংনগা চরু-বাইরুনা য়াংশিল্লে
মুংশিংনগা কাচিন-কোয়া য়ৌরে
কোইচেন চেন্দুনা শান্নবা হৌরক্লে
হুম হুং মুংশিংস্থ শিংকৎলক্লে
কুমগা লাইগা পাগ্রেনা করম্লো ?
তাঞ্জাসিদা ঐগী বাবু কাউথোক্লুনা
মাগী বাবু খঙনিং নিংশিংলকইদা।
মথোয়'দি বরম তৌরম্নি মতমসিদা
দোলাই তোৎবগী বাইকুপ পুবীনা
নোরিংবদি পোকই খন্দবদি ঙমদে।
মথোয়গী য়ুমদি চেক্কী পক্কানি
অতৈনা জিজ্ঘনা পুমলং-পুমলৎনি
মুংঙাইরিনি তাবদা ঝম-ঝম
তান-মেনগা লোইননা বা-বা
ঐখোয়গীনা তিৎগাকোক পুমকোক কোক।
চাক থোংবা য়াদ্রবস্থ মুংশিংনা
থোৎহু লোনশিল্লগা চাক্তংদি মথোংলিনি
ঐখোয়গীনা কদাই মুংশিংনা হুম হুং ॥
ইহেঃ নোং-মুংশিং মরক অসিদা
আঃ ঐখোয়গী মনিংগী বাপলদা

শাইদাংজরিবা উরেম্বী-উরেম্বা অনিহবো
করমদি তৌরম্নি করমদি খাঙলমগনি
খঙদ্রেদা লাইর চুদ্দৎনবা ঐগীদবো
য়ুমদাংবসু য়ুম্বুসু দশা তামিন্নবা
ব্রানা খাঙলমগ্রনিদা খন্বদা ব্বারেদা॥
ইহেং কাউকরবা অমসু নিংশিংলক্লে,
ঐখোয়গী অকোকপা শম্হলগী মরক্তুদা
লৈত লৈত মকোন শাক্তরিবা
চি-না হোৎনজন্তনা মকোন ওইজরিবা
লম খুনু লাবা অমোম অনিংমসু
করম্বা খাংলিনি করম্ববু লৈরিনি
খঙদ্রেদা ঐনা অসুক ব্রারবদা
মখোয়গীসু মখোয়গী থোকপা লৈরসনুদা॥
করিনা হায়ববু ঐসু লায়রবনি
অতোন অতাং লাইরববু মুংশিবিয়ু
অগ্না-অনা তারবশিংবু তেংবাংবিয়ু
ধর্ম্মগী ব্রারম শাস্ত্রগী বিধান
ব্রাখলসি চমমুরে খাঙবদা ব্রারেদা॥
হাঃ শেম্বাং মীগীদা শাইদাংবী
মুংঙাই য়াইফকোন্দা ওলীবী নংদি
মীগীদা য়ুমদাংবী মুংঙাইরিনিদা কৈনাবী
নোং চুরে মাদি চোংলম্লোই

মুংশিং শিংলে অকিবা কাওরম্লোই
হাঃ শেন্দ্রাং নহাক্কীসু অহুমডাই
করমদি তৌকনি কনানদি খঙঙম্বনো
ঐগীদা লৈবদি নখোয়স্ত পুমচোৎ
ঐসু পুমতাও, পুমলুপ লুপ
ইকোকস্ত ইরুসু পুমচোং পুমলুপ্নি ॥
ওন্থোকইদা হেঃ মরুভ্যানগী যাত্রিক !
নংদি শারবা পাক্লবা লৈকংলাহুদা
ঈশিং মরিক অমত্তংগী খাঙঙম্লিরোই,
মরীচিকাবু ফাগে তাম্নরিনি অমুক্তংদি !
কোরৌ মৈশা খাঙবদা ওারমথ্রনিদা
ঐনা অসিদা পুমচোংনি তাওরে ॥
নোং পুবা অইবা মুংশিংনা
অসিদা শিংপগুম শিংহলনি ইনি নহাক্তি
নমাই-নমিং খঙদবমখ হুম-হুং
নোংনা নকোক্তা হৈথহম্নিংই ওরো রো ॥
য়েংউনেসে ঈরোই অসিনা ওল্লিসে
ঈশিং তুংবা কোম অসিদা
লৈখোম-লৈনাং ইতৈ তৈরহনা
কয়াদা নুংঙাইজরিবা কয়াদা হরাওজরিবা
অমরোমদনা মনাক্তা লেপ্লিবা যণসিদি !
মহাক্তি ঈরোইগী মতৌ উবদা

চুম্‌-চুং মুংঙাই হয়াওবদি লাইয়ত্রুনা
মতু মমান খিংদোক্লিবসি য়েংউ
ময়াংলেন থেগাক তেকথোক্তুনা থাঙলিসে
ম ম যিবাল শা, মনানা ফর ফয়
কয়াদা শানা লেপ্লিবা য়ানা
হাঃ ঈবোই, হাঃ যণ
ওস্তারা তাযোগনা তহম্মিদা নখোয়নি।
য়ে উ যে উ আঃ অথাপ্পদনা
লৈমীগিনা হয়াও মথোই ফাহনা
পবেং পবেং খোঙকাপ নাহুং তপ্লিবা
নোংবু তারকপসিদি লৌবু তাহৌরগে
লে বান্দা যণপোং খুতা শাজে
মাংদা যণ পোংপা পো পা॥
অমরোমদসু শীংয়াম্বা কাংবু মথৈনা
বুমগা নোং লাক্রিবৈ লোইহৌগে
বাথলসিদি থন্দুনা শীং চম্বদো
লোইবদি ঙমহৌদ্রয়ে, নোংনা চোংথরে,
চীং-লম্বা মতাসিদা কয়ম্লো তৌরিসে,
মকোক্তা মথুং হাপ্লে গতি নৈতে।
য়েংউনে খোংক্রম মাইরেল কোবীসে
নোং হেক চুবগা হয়াওজবোই নিংইদা
মুংঙাইরে য়েংবদা পেল্লে উবদা।

ইহেঃ মোরোক পাম্বী তিহ্লৌসিনা
নখোয়স্থ নপালস্থ নরুস্থ পুমতাও
থাবদা াইবিংভনা নোনা হৈথরকপদা
খাংবা লাবপা লৈবা ভমন্দ্রবোরে
পুমতাউ তাউবেনা হাবরিনিদা নখোয়দি !
কনানবু খঙবনো, অস্থম মরৈসি
ঐনা হারে নংনা মনু ঙাই
ঈবোইনা নুংঙাইবে ষণ্ণা মরাই।
নুংতিগী ওইবা খোঙচৎনা কমদৌরি !
অহিংগী অমম্বা বোক্রনি নুঙাইরনি
বোরো মশেক উরনি ৎাল্লনি,
অয়ুকী থরাল ওইবী শজিক ওঃ
অহিংগী মবেম্মা থাজ ওঃ নহাকস্থ
মঙাল মশেক শাম্বা হায়সিঙাইদনা,
অহুদি থরো থারিকথা থাবল্লে
মবেম্মা থাজ শেংন কাইনরনিদো
কাইন শেংন মৈশা লাংলনিদো।
অমরোমদনা থম্বাল কৌবী লৈরাংনা
হরাও মথোই কা, লাইজ ঈপাল লাং
মালং তাম্বা চানা জগোইরনি।
অমনা অমুক বা, অমনা নুংঙাই
অমনা অমুক নুংঙাই, অমনা বা,

ওংগাং ঙনশিন থুবাক থুনম্নি॥
মুংতিগী ওইবা প্রকৃতিগী খোঙচৎনি
প্রকৃতিমক্কীস্সু হোংদোক হোংজিনল মনাইবি।
নোং ওঃ তারো ঝম ঝম
নোং ঙঃ চুরো ওরো ওরো
হনুবী হনুবা তাওথরো তাওথরো
লাংথেং মতোল তম্না ঈরাইরো
সনজিং নাপোম তম্না থুম্মংলো
কুমগী মথাগী চুবনি হৌনবা
শিংকংলো মুংশিং শিংপনি হৌনবা
লোইবী চাংজাওস্সু ঙম্না যুকতৎখ্রো
বাংল সনজিং নাপোমবুস্সু হুমদোকখ্রো,
ঝম ঝম তারো নোং
হুম হুং শিংলো মুংশিং
কনানা শিম্বনো কনানা তম্বনো
তারো নোং শিংলো মুংশিং।
অতুবু অচুম্বা লেঙড্রবা ধর্ম্মতবুদি
থম্বীরম্মুনে লোংনা খাম্নমুনে লোম্না
হেঃ নোং-মুংশিং ওঃ নোং-মুংশিং।



## মীওইবগী মপোক অহুম খঙইদো

মাল না লীরি হুম্বদা
মালংগী ফৌরোই তুংইন্না
হাইনা হুম্না শাংলীবী
শীঙেল লৈরাং কয়ানিদো ॥

লোইবী চীংবু শাইদাংবা
খোইমু লাবা থাংজেংবা
তমগী মাইকৈ পাংলকপা
লৈরাং লৈহি চুপ্পবনি ।

হোঃ নিংথিজে মপুগী লৈকোলসে
মপু মাগী খুৎশেমসে
মাহেল্লোনরে অমুক মালেমসে
তাইবং পুক্রিং শুঙ্কাংলেসে ।

খোইমু লৈরাং কুম্মসে
য়েংবদা মিংসে ইংনরেসে
নুপা-নুপীগী লীলাসে
নিংশিংহন্দুনা অমুক খল্লহল্লেসে ।

তাইবং শেম্বা লাকপনি
মপু মাগী পাখোল্লোইনি
তাইবং কৈথেল কাখিসি
পুন্সি লীলা য়েংখিসি ॥

পুন্সি লীলা লোইবদা
কদাই তান্না হনগবা
নুংশিরকইদকো সত্য ধর্ম্ম
নিংশিংলকইদকো পুন্সিদো হৌগ্রবা ।

ঐগী ইচানা কদায়নো
নংগী নগুনা কনানো
মাগী নংগী খায়বদো
লোইনা মান্না তেম্লেদো ॥

ইপা ইমা অনিদো
নহালমুক্কী মপোক শকইদো,
হন্দক মপোক্লা ঐনিদো
হয়েংমুক্কী মপোক্লা ইচানিদো ॥

অসি ৱাখলদি খল্লসি
ইচা ইরলবু তাল্লসি
ধর্ম্মনা লেংদবা উপালমি
ঈশ্বর মাবু নিংশিংলসি ॥



## নিঙোলগী নুমিৎ

হোঃ মৈতৈ লৈবাকী চৎনবী
নিঙোল চাকৌবা নুমিৎ
লাপ্লে লাপ্পা লাকই
নক্লে নক্কা লাকই।
লোইদাম বুয়্ররবগী তুংদা
পাম্লি মমোম উম্মরনি
মমোমগী চেংলৌ উরনি
পলেম-পম্মৌ নুংঙাইরনি॥
মানা করিদা হেল্লি
ঐনা করিদা ত্তাই
অরৈ লৈত্ত খি-মলে
ঙসি নিঙোলগী নুমিৎনি।
অফ-ফত্ত খন্নরি
অবাৎ-অপা তান্নরি

অহাও হাওভ চাম্মিন্নরি
মচিন-মৌপ্‌ৱা নোকমিন্নরি ।

ঙসিদি দক্ষিনা য়াম্মন্দে
হয়েংমুক্তি থর হেলহল্লুবো
কুমসিদি মথেল শুন্দে
নোংমৈনা মথেল শুহল্লুকো ॥

মোক্লা নোক্না হায়বনি
ইতিং-তিংবা পুষচেলনি
নিঙোল ওইবী মপোক্নি
ওইনজাওবী মচল মচেম্নি ॥

থারে বাবা কোংক্লো
নুংঙাইরে নুংঙাইবা হেল্লো
মবুং মৌপ্‌ৱাশি দা হায়বনি
মিংঙোল ওইবীশিংগী বরনি ।

পলেম-পম্পৌ অনিনা
নোক্লা য়েংলকই কুম্মেদো
মচিন-মৌপ্‌ৱাগী কুম্মেদা
হয়াউ পুক্লিং লৈতাজরে ।

কয়া কুম্নবু নোকখিনি
কয়া কুম্নবু লৈমিন্নখিনি
নিংঙোল ওইবী হৌনশানি
মপাম লমদম থাদোক্লনি ।

পলেম-পম্থৌ অনিনা
নিংঙোল ওইবীশিং তাল্লক্লে
কোরৌ নুমিৎনা লৈরিবৈ
ওন্না য়োৎহোনবা তৌহোরো॥
হয়াউ নুংঙাই পিরোইনা
মখোং-মখুং হামদোক্লা
লাকপদা ইল্লক শেংলকপা
তন্না অমুক শেং-ইনখরে॥
নিংঙোল ওইবী মশিস্থা
মালেম লৈমনা মমন্ত্রিবৈ
মপাম লমদম থাদোক্লা
ময়ুম মাহকৈ তমখরে॥
মোক্লা বিদায় পীরক্লে
হয়াউ নুংঙাই চংলক্লে
মচুং-মোপ্‌না পলেম-পম্থৌ
নুংঙাই ঈথক কাহৌরে॥
হোঃ মৈতৈ লৈবাক্কী চংনবী
নিংঙোল চাকৌবা নুমিৎনি
নুমিৎ থানা লৈরিবৈ
নিংঙোলগী নুমিৎ লাকসনু॥



## নোংদমথোল্লা

লাইবক খুথুম শুক্না
লৈমাই থরো ওল্লগা
অৱাবা শরুক কোক্লগা
নুংঙাইবা শরুক ফংলত্রা ॥
অৱাবগী পংখৈ ম্নৌ
নুংঙাইবগী মতোল লোৱ
করম্বা অস্থুক থেম্ৰবা
নোংদম্বা মাগী খুশিল্লা ॥
মীওই মপোক লাংঙনি
নুংঙাইগে খম্না লাকপনি
মীৱক মীচনথি ওইনা
ৱাগে খম্বু লাকপৱা ।
অৱা নুংঙাই অনিসে
তংনা-থানা লৈতবনি
বিধি মানা শিন্বরা
খয়ুম মাগী শাগ্নোল্লা ॥

অরাবগী লৈই চিং
সুংঙাইবগী চৈখৈ লেপ
অরেপ্পা মতমবু লৈবরা
অরোইবা পুংজাবু লেপ্পরা ॥
খঙদ-উদ খাঙলগা
লাইবক মঙোন্দা তাইশিন
ঐবু হিংবা তাবরা
লীলা মপুং ফানবা ॥
লাইবক ঐগী কর্ম্মনি
কর্ম্ম করিনো থিরগা
পুক্নিং ফাজিন্বা তমসিরা
পুরুষ মতৌ উৎসিরা ॥
খল্ল-খল্ল মমলকই
ঐদি অশিবা মচানি
লৌশিং লংজিল পুল্লকই
করিগী মীনা শিরিবা ॥
লাপ্লে খঙনা চুমথোকনদে
চুপ্নে খঙনা চংনদে
মীওইবগী পুন্সিনা মতেল্লি
করম্নবু অরেপ্পা লৈরিবা ॥
রাবে রানা মরেলখি
নুংঙাইরে নুংঙাইনা মহৌখি

অরা-মুংঙাই অনিগী
করিনো খেম্নবা লৈরিবা॥
লাইবক খুত্তম শুরম্নু
লৈমাই থ:রা ওক্সু
নোংদম্বা মাগী নোংদম্নি
লাইবক ঐগী ক্ববনি॥
মুংঙাইগে শম্না লাক্লস্নু
রাগে খশা লাক্লস্নু
পেম্বা হৈবা মফৈয়ে
মুংঙাইবা হৈবা তম্ফৈয়ে॥
মীচাক মীরল তোম্রিবা
ঐগী ইথৌ পাঙলিবা
ঐমুক মুংঙাইবা লৈবরা
মালেমদা অনি শুবরা॥
সনা লুপাস্নু লৈসনু
মাগী মঙম পাঙদ্রবা
মামুক পঙবা লৈবরা
মামুক বাবা লৈবরা॥
ঐ অমরদি নত্তেদো
মাস্নু অশিবা মচানিদো
অসি থম্না লৈরসি
ঈশ্বর মাবু থুরুমসি॥

মুংশ্রিদা ঐগী মপোকসে
মীওই মপোক্তা পোক্লিসে
ইপা কনানবু তম্বনো
ইমা করম্বনবু শিম্বনো ॥
পলেম শকপী ইমা ওঃ
খোম্লাং লমনবু শিংজগে
পম্হৌ মাম্বা ইপা ওঃ
ইপাগী মঙম পাঙজগে ॥
পঙল নাবা নচাগী
অয়োন-অরান ঙাকপিয়ো
চায়োক নাঃয়োক তম্বীংয়া
পলেম-পম্হৌ খঙজগে ॥
পলেমগী মঙশক তাল্লমগে
পম্হৌগী বাগক ঙাক্লমগে
লৌশিং মঙাল পীনবিয়ো
খৌনা পাঙ্গল হাপ্নবিরো ॥
ইমাগী মচানি উৎলমগে
পম্হৌগী ঈনি তাক্লমগে
খয়ুম মানা তম্বনি
লাইনিংথৌ মানা শিম্বনি ॥

*

# ঐ কনানো খঙখিসি

মরুপ তরেংনি মুংশিমৈ
অমগা অমগা লোন্দিমৈ।
কনানা অতোপ্পনো খঙনদে
মখোয় মশেল অমত্তনি॥
অমগী থৌদোক রাথোক্তা
মখোয় মশেল চুমশিমৈ।
ঐগী ঐগী থবক্তি
ঐগী ঐগী ইথৌনি।
অসুম্বা মশেল মথমৈ
চুম্ন রাখল পরিংনি॥
কয়াদা ফজগ্রবা রাখলনো
কয়াদা নিংথিগ্রবা ফিদম্নো॥
মরুপ মত্তৌ মাল্লিদো
ভিন্নবা মশেলনি থল্লিদো।

অহুবু কয়াদি মকুয়নি
তাইবং মী মশেলনিদো ॥
মীগী রাখল তৌনরক্লে
মীগী লমচৎ চংনরক্লে ॥
তাইবং লোনচৎ ঙাংনরক্লে
কু-বুদ্ধি তৌবা হৌনরক্লে ॥
অমগী মরা ঙাংনরক্লে
অতোপ্পবু হুন্না শোন্নরক্লে ॥
অমা অনি চুমশিন্নরক্লে
মীচং চুংবু শানরক্লে ॥
য়োংলৈ মেলৈ নাইনরক্লে
থাইবুং-থাইবুং তানরক্লে ॥
তাইবং মী ওল্লক্লে
মীনি হায়বা তাক্লক্লে ॥
লাইগী গুণবু তুংওইনরক্লে
পাপকী মাইকৈদা চংশিন্নরক্লে ॥
নোংমগী কোরৌ নুম্মিংনি
মরূপ অরেংকী মনুংদনি ॥
মশেল অহুম চুমশিন্নহনা
য়োংশবী মখোঙ শারক্লে ॥
অরেংকী অপুম্বা লম্বু
লোন্না তান্নহনা হুরাক্লে ॥

হুরাঙ্গা মশক খঙলিবদি
মখোয় অহুম ওতুভনি।
অদুবু কনানস্থ হায়দোক্লদবনা
কনানা হুরাল্লিবনো খঙনদ্রে ॥
মশেল মরক্তা চিংমনরে
অমনা অমবু থাজমদ্রে ॥
হুরাম্বনা নোয়োক অমনি
মপুনা মোয়োক ভরানি।
মসিমক চুম্না খোঙ্গয়ে
প্রমাণ পাইদ্রে ওইরমদ্রে ॥
মখোয়গী মতৌ উবদা
থক্তা ওালিবা অওানবস্থ
অমম্বা কৌবা লাইনস্থ
অচুম্বা বিচার থীরক্রে।
লোইনা ইমম মম্মরে
অমম-অওান থমরে ॥
বুদ্ধি-লৌশিং থোক্লথিদরে
লংলা-লংজিন পুমথরে ॥
ঐখোয় পুম্ববু শেম্বিরিবা
তাইবং মপু মহাক্নি।
চিম্বান গ্রক কংথরে
. তুমিন মপুক্লিংদা সিংনক্লে—

শোইদনমক লাই ঐঙোন্দা
তাইনবিরক্লগনি হুরানবনি হায়না ॥
মশিবিরক্লগনি ঐবু হুরান্বা
মতারনি ঐনা হুরান্বদা ॥
ওঙ্খোকপা পুকচেলনিদকো মীওইবা
খণ্ডমন্নস্থু খণ্ডদেদা তাইবং ওঃ ॥
হায়না হায়না মরুপশিংদো
বাশকপা কিদবা মীওই ওাক্লি ॥
অমগা অমগা বাশক্লরে
হুরান্বা মশক খণ্ডনদরে ॥
উপায় গতিদি লৈত্রহ্না
ঐখোয় তরেৎনা হুরান্নত্রবনি ॥
লাইনা লাক্লনা লৌখিবা
শোইদ্রে লাইনা হুরাল্লগনি ॥
লাইনা লাকখিবা তারেদনা
ঐখোয় তরেং পণ্ডমল্লি ॥
অসুম্না মখোয় তরেৎনা
লাইবু হুরান্বা শিবিগ্রে ॥
সনা লুপা পুন্নমক
তাইবং ঐখোয় ওম্নমক্লে ॥
লেংলি পাল্লিবা পুন্বসে
জগৎ সংসার অসিমকসে ॥

ইবুংঙো মানা শেম্বিগনি
ইবুংঙো মাগী মরলনি ৷
মহাক্কী মচাক মরলবু
করম্না হুরাল্লিদগে.ন মহাক্না ৷
অসি বাবু খংজ্রবদি
অয়াম্বা মীথিবোংনি মহাক্কু ৷
অমরোমদা অমুক হায়রগা
উম্না কুপ্পা মীওইনি ৷
মীবু মশক খঙবসে
ওস্থোক্না লুনা থোক্লেদো ৷
করি উপায়দি লৈরিবগে
লৈত্তে খল্লস্থু হোংননি ৷
মীবু মশক খঙবা
মীওইবগী ফিদম ঙাক্কবনি ৷
ঐ হায়বসি কনানো
ঐ মশক খঙথিসি ৷



## নিজবা

মিং থা থবানমিচাক
চাং পাং তুরেল
একুত্তিগী নিংথিবা থুংশেম
ওয়া উবা ফংজরে ॥
ফজবা কয়াস্থু মউরে
অথিবা কয়াস্থু মরেংলে
অচুম চুমদা বিচারস্থু
অরাল অন্থইস্থু মথঙলে ॥
অফবা লীচংনা করিনো
ফত্তবা শাজংনা করম্বনো
লৈবাক মচা তাবা তাদবগী
কান্নবা কান্নদবস্থু মথেংনরে ॥
অহাওবা চাগে মচাইদো
হাওতবা চাগে ময়াইদো

অকবা শেংলে মকংঙৈন্দ
কক্তবা শেজুনসু মরেংইদো ॥
সুমিদাং ওয়া ফুরপা
অমুক্কী ওজা হৌইদো
ইশাগী ইথৌ পাংথোকচবনা
হকচাং শাজেল মওইদো ॥
মীগী কমবা তৌরগা
ইশাগী সুংঙাইবা ওইজেদো
মীগী মাঙনবা শিলগা
ইশাগী অর্থাংবা মওইদো ॥
অফ-ফত্তবু লৌশিংনা
যিজুম থানা চুমথোকইদো
ইশাগী ওইজবা থাদোক্লনা
মীগী কান্নবা য়েংইদো ॥
ইচা মীচা থারদনা
চেয়াংলৈ থৈলৈ নাইদেদো
ইমা অমত্তগী মচানি
কয়াদা ফজগ্রবা ফিদমো ॥
ইংনা চিক্না পাঙবা
ইরাং য়াওদনা লৈজবা
অমনা অমবু শোগৎনরিবা
কয়াগী মতিক সুংঙাইরিবা ॥

অকবনা কণ্ডবনু মাঙহবা
অচুম্বনা অরাম্বনু লাকশিনবা
লৌশিং লৈবা মীওইবনি
ঈশ্বরগীদি হেক ঙমখংনি ॥
বংলৈপাক্কী য়াইফবা ওইসনু
জগৎসিমক লেংদবা ওইসনু
মালেমদা চাউখৎপা পুরক্সনু
মীওইবনা নিংথৌরেল ওইসনু ॥
মীওইগী অবা মুংঙাই
লৈত-লাইর খঙজগে
পুন্সিগী মহাও চুপচগে
পোকপগী মহৈ য়াপ্লগে ।
মপোক লাংওন খুদিংমা
তাইবং মী ওইনা পোকচবা
অসিতা পীনবীয়ু ননাইবা
নিজরি অসিমত্তং খুয়াথাবা ॥



## শহীদ তর্পণ

মৈতৈ লৈমগী মপারী
বীর টেকেন্দ্রজিৎ অথৌবা
ঙসি পুথোরক্লে তুংবুন্না
মীয়ামদা লেন্নবা মতাংগুম
হুইগং থাংলবা তাণ্ডবগুম
মীওং থীবা ল্লেছনা॥

মৈতৈ মচা নোংশারেল
নোক্লা সগাই কাড়না
মৈতৈ লঙ্কা ঐথোয়গী
মহুৎ মল্লেং ওইহনা
খরাইনা পোন্থা ওইখিবা
করি নাচুংবা লৈখিজ্রে॥

লৈনম তিন্না চিক্লনা
থাঙংথক্তা লৈমন চনখিবা
শাংলিবা পুন্সি লৈরাংলক্তগী
চংলোকো ঙসিদি যুবরাজ
মপু মাগী লৈকোলদা
লৈনম ওইনা তিল্লুরো ॥

মোমোন নোকপা মীনোকনা
মীয়ামদা বীদায় পীরম্বা
মথংগী মপোক লাংওন্দা
মৈতৈ ওইনা পোক্লনা
থৌনা ফনা লাক্লগা
ঈগী লমন শিংলরোকো ॥

ইপু থাঙ্গাল নুংশিবা
নংবুস্ত করম কাউগনি
নতিক লৈবা নহাক্নি
নগুণ চাউবা নহাকনি
হনফদবা খোঙফম্না চেৎপবা
কোলোই নংগী মুংলরোই ॥

চংলোকো নহাকস্তু অথোবা
ইপু থাঙ্গাল জেনেরেল

মৈতৈ থৌনা পীরমক্লে
থাবা লীংজেল উংলয়ে
কংথোকপা মশক তাকলম্নে
পোকপগী মীহ ফংজরে॥

থৌরি কোঙ্গোই অকন্বা
থোংলবা লৈগী পরেংগুম
নিংঙাইবা লৈতনা হুকখিবা
নংবু করম কাউগনি
চংলোকো নহাকসু অথৌবা
হঙ্লোকো মপুগী নাক্তা॥

লীংজেল অমত্তগী মথাদা
হন্দবা থৌনা উৎতুনা
ঐখোয় ঈশক তাক্লসে
ইমাগী থৌজাল নিরসে
শিংলিনে ৬নি ফাওবদা
থম্মোইদা খোম্থাং ম্রেনা॥

হান্নবা পহেলৌদে বারেন্দ্র
পাউনা ব্রজবাসী মেঙ্গর
নংবু করম কাউগনি
মৈতৈ ঐখোয়' শিংলিদা

ঈরিক অমা চেল্লিন্দৈ
মংবুদি কাউবা ওয়রোই ॥

হিংনা হিংনা শিবগা
চঙনা চঙনা থাবগা
অশি অচঙ অনিগী
থল ওন্দুনা য়েংবদা
নোক্ন থবাই থাখিবা
মিংদি মুৎলরোই অওম্বা ॥

মংগী থাংগী জগোইদা
য়েছ ওকনা য়েংখিবা
য়েক্ন পুকনিং লাংখিবা
মৈতৈ থৌনা হন্দবা
চৎলোকো নংস্নু অথৌবা
য়েরোকো মপুগী নাক্তা ॥

চীংলেনস্না কৌবা অথেবা
পন্দবদনি নহাকপু হান্ননা
পলেম অমগী মহাকথং
পলেম অমা থাদোক্লম
হুপা থৌদাং উৎলম্বা
মংবুদি করম কাউগনি ॥

চিরবা মতম তাঙ্গাদা
ওঝাগী মশক তাকখিবা
গুরুগী মগুণ শকখিবা
অরা নুংশাই অনিদা
ওঝাগী হৈনা তুংইনবা
কাউগে ঙম্নরোই কনানা।

হৈবং খোংজাদি নহাকপু
পলেম ইমা লৈবাকী
খোঙ্গাং লমন শিংনবা
ওঝাগী হৈনা তুংইন্না
লেপখিবা খোংফম হন্দবা
থন্নাইনা পোম্বা ওইখিবা

অথৌবা হায়না কৌগেকো
নংবুসু কাউগে ঙম্নরোই
লোইদাম কুয়র কুয়রগা
মতমগী লোম্নাইদবা বুম্নোমদা
কুমজ্রা কয়াদি লাল্লগা
নিংশিংবগী ময়েক্কি লারনি।

ম্নাইস্কুল লাকপা অথৌবা
নংবুদি কয়ম ধনমাসিগে

কলম করম থৈসিগে
মুঙগী পুক্লিং খঙহনা
পারি চাউদ মঙোন্দা
মমা মশক তাকখিদো ॥

পারি চাউদ নহাকপু
সেঙ্গোই মা মিঙ্গৌবা
পঙ্গৌ হৈনা তুংইন্না
লানফম ময়াই থোক্লুনা
পলেম নিংদম ঙাক্লম্বা
মঙবু করম কাউসিগে ॥

শান্নবনা 'শিঙ্গাং ওইরিবা
অঙাং নারা ওইবনা
লানফম ময়াই থোক্লুনা
য়েক্লু লাম্বা পাবনা
শান্নবা ওইনা শান্নহনা
য়েক্লু করম মাইয়োক্লুখিবা ॥

মপা মাগী মচানি
পঙ্গৌ মাগী সনানি
পলেম মানা পোকপনা
মমা ওইবনা কোয়না

ঙসি সেঙ্গোইস্না মস্তাক্লা
সনা অহিংবা ওইবনি ॥

শো জোম কৌবা লমদমসে
জোমনা লোম্বা লমদমনে
যমগী লৈবাক অহৃদা
মমা নি বা মচাগা
মীরম পাম্বা মচাগা
খুংতি থোক্লখিবা লমদমনে ॥

সনা অঙ্গিংবা ফুন্দাংবা
ফুদোংল ফুদো.ল ল.লিবা
সনা ওইবা সেঙ্গোইস্না
পলেমগী খোম্লাং লমন্দি
শিংবা ঙমদা শিংঙমদা
অরোইবা য়াহিপ তানখিদো ॥

মৈতৈ লৈমগী মপান্না
অঙাং পিশক ওইব ঙঃ
সংগী নগুণ অচৌবা
থাবা ঙম্লোই থাঙম্লোই
করি হেলি তরতনা
মমা নিংবা নাবা ঙঃ

চরাই থাঙ্গাল্দি অথৌবা
মি.দি ফাল্লে হারৌনু
মুংশিবা ইমা লৈবাক্নী
নি.দম খিরাল ঙাক্কবা
মুংশিবা থরাই লৈরা.বা
পোক্পা ওইনা কংখিদো॥

ফার্সি কোঙ্গোই অকম্বা
থো.লবা লৈ পরে.ঙুম হকখিব।
নংবুদি করম কাউগনি
চীংবুরোই তম্বুরোই অনিদি
ইমা অমতনী মচানি
মালেম শিঙ্গা উৎলম্লে॥

চোংথাম নংবু অথৌবা
নংবুদি করম কাঙগনি
মরৈবাক নিংদম লানফমদা
য়েক্কবা ল্যাম্বা পারম্বা
মুপা থোদাং উৎলম্বা
মিয়া নংবু কাউঙম্লোই॥

ওঃ রাথৈ মৈরাবা মুংশিবা
কোলোই নংগী নিংখিবা

মিংলেন নংগী নুংশিবা
লৈচিল পোমাই হাংহুনা
নৈরবাক লমদম নুংশিবা
হন্নমুক্তদি য়েংলকউ অথৌবা।

ওঝা থাবল নুংশিবা
থাংদা তাদা হৈখিবা
ইমা লৈবাক নুংশিখিবা
ইমাগী নিংদম গুাক্লবদা
থরাইনা করি নাচুংখিদে
নংবুস্নু করম কাউগনি॥

হসিদি কৌরগেকো অথৌবা
অথৌবা নংগী কোলোইদি
কাজাও হান্নবনি কাওংরোই
ফ্যাসি কোঙ্গোই অউইবা
মরৈবাক নিংবগী থৌনানা
লৈরাংগী খুদোলগুম লৌখিদো॥

মরৌ চাওবা ম্লেছগী
সরৌ লাংদা থুগ্রবা
থরাইনা পোক্না ওইগ্রগা
বোলোই মিংদি কান্নগে

নিরঞ্জন সুবেদার ওঃ
কাইওয়রোই নহাকপুম্ব অথৌবা।

ইমাগীনি লোয়না থারিবা
সিমক্লা শৈশক্লিবোই কনানা
মালেম লৈমনা লুম্বরা
পলেম ইমানা মরুমই
কোরৌ নোংদোলনা হাংবরা
পন্থৌ ইপানা মথাংই।

লৈরাং অমা শাংপদা
লৈকা ওইবা লৌশিংনি
লৈনা শকোক করানি
লৈরিক শরুক য়াওকনি
লৈশক লৈচু নাইবনি
অমতা য়াংপাদি য়াজদবা।

ময়োন ওইবদা লৌখংপা
তাইবং মীওইবগী হৌনবা
অমনা ওয়া থাওমবন্দ
নিংদম লানফম মায়োকপিবশিং
থাজইনা লোংবা ওইখিবশিং
মখোয়া হায়না মিজোয়জগ।

ঙাকপি হৈবা থবাইনা
ঙাকপিবু শৈরোল শুম্ববনু
চাবী হৈবা মীরেলনা
চাবীবু শৈথা রাংলসু
স্বর্গগী লৈরাং ওইখ্রবা
থবাই মীরেল ওইবনা।

মৈতৈ খোংজোম লানফমসে
অঁচম্বা লান্দি নত্তেদোঁ
মীওইবগী নিংতম লান্নিদো
মেরুসনু মালেমগী ইতিহাসতা
স্নাগী মুৎনাইদবা মরেক্কী
লোয়নাইদ্রবা মতমগী ইতিহাস।



## বাসন্তী

তাম-না তাম না মউখি
নংবু লোংনা ময়েংদৈ
ঐগী থম্মোইবু মচুখি ॥
মপুগী ইখোল চাইগোইন্নুং
শম্বল্লৈ ওইনদি হৌরিবী
শীংেল লৈরাং বাসন্তী
ঙমাং থেংলোং ঙান্নরৈ
তিঙ্খং পাম্বী মহৌশা
শীঙেল আতর গুলাপ্পুগী
করিগীদি তোপ্পা তাবগে ॥
নোংদম্বা মাগী নোংদম্নরা
বিধিগী কলম থৈখিবনরা
শক্কা লাংবু থাকপরা
নথংলেন মাঙ্গা খোইমুনকা
মন্নগা তাইবং মীওইনরা

শক্তা চূদা বাগুেদো
লৈরা, লৈনাদা নোপ্তেদো
তিথং পাল্লি মমালৈ
নাওং য়েংই মতিলৈ
লৈরাং ওইবী মহৌশা
মথংলেন খোইমু মইল্লি ॥
অস্তকস্থ লৈরাং ওঃ নিংথিবী
লৈহিদি থম্না চেল্লিদো
হুংশিবা থম্মোইদি লৈরিদো
খোইথুম্নরবা য়ারাদি ঙাংলিদো
মিংয়েংদা শুম্নংপদি য়াওরিদো
মীনোক্তি নংগী নিংথিদো
শম্নাং য়েংই বাক্তেদো
শাওং নাওংদা নোপ্তেদো
কলাদি শুনা উরিদো
ফিভম মুক্তি শুজৈদো
রসতি শুনা তিল্লিদো
নিংথি ফজবনা লৈজেংইদো ॥
নংগী করি নরাম্নো ?
লৈরাংবু পোকপী পাম্মেলনরা
শীঙেলবু পোকপা মরুনরা
নত্রগনা লৈরাংগী সমাজনরা ?

তোংনা তোইবা তাইবংদি
মীনোক মীহৌ চাওইদো
কল্লক মিংয়েং কল্লিদো
ইন্নুং মচা লেইগ্রুম
মশানা মশাবু চাজৈদো
উনা মশোং লৈনৈদো ।
শীঙেল শম্বল্লেবু ওইরিবী
তাইবং খোঙ্গাও খোঙমেংনরিবী
খুয়া লৈফুলদি ওইরিদো
তিল কাংগুম খল্লিদো
শেংলবা নংগী থম্মোইবুদি
খঙনা খঙনা খঙবিদে
উনা উনা উবিদে
শোম্বিদে নঙুন্নু তাইবংনা ।
শীঙেল লৈরাং বাসন্তী
মপুগী মুংশি লৈকোলদা
হন্দক মপোক লাংওনগী
মীরা মীশা লাংলনী
কাওরেল শনবু ঙাক্লরোই
মপোক থীনা পোকপনি ।
লমগী অঙাওবা শাশিংনদি
মরু কম্ম নৈ থকপা

তাইবং কন্না চো থোকপিন্নি
লাইবক চাওবী নংগীদমক।
থম্মোই রানা থাংগুকো
তাইবং শেন্থা মপুগী
লেংদ থে দাং কাউন্নুকো
পুন্সি পিরোইননা লেল্লুকো
থুদাং পিফম কোঞ্জনি
মথংগী মপোক লাংওন্দা।
থম্মোইন্নুংদা চেংনা থাগোল্লু
তাইবং শেন্থা মপুবু
মী ওইনা লাকপনি
মী ওইনা হনগনি
মৈতাম্না লোইনা রাখৈনি
ঐখোয় পুন্থা মমাঙ্গৈ।
থম্মোই লৈরাং বাসন্তী
চেরৈনা করিদা হেনগনি
চেরৈগী লৈনম চেন্দেদো।
মনারৈনা করিদা ফজনি
লৈনা শয়োম উদেদো।
শীঙেল লৈরাং বাসন্তী
মংদি অশেংবা লৈরাংনি।
গন্না-থকী লৈরাং মশেন্নু

মাস্থু শোইদনা মনিংথিনি
অম্মেংবা ভাবুকপু শুঙ্কাংকমি ॥
লৈকোল লৈতেং মওইহল্লু
মাস্থু শোইদনা মফজনি
লৈরাং মরক তিঙ্গমি ॥
শীঙেল নাচোম মশেম্মু
ভাইবং লৈতেং মওইনি
নুঙ্গা শক্তম মহেনগনি ॥
হো : লৈরাং বাসন্তী
ঐস্থু মীওইরক্তা তিল্লুরে
মপোক থীমা তম্মে
বানৌন্নুকো পুকচেল চাউরবী
ভাইবং মপোক্কি খম্নবু
ঙাকপিয়ুকো ইরালদো লরম্ভ ।

*

## নুজা ফাদম

চীংঙু মাগী নোংদম্নি
থাংজিং লাইগী থৌশিম্নি
তাইবং লীলা মপুং ফানবা
হংাও কুম্মৈ ম্বেংনবা
ে াইনা ওম্না শীনপ্রেদো ॥
বোরৌ নোংনা ঙান্দ্রিবৈঙে
লাইবক থীবী নুজাদি
ম্বেল্লাং কেঙোই হেকপদি
তোর্বুং লম্পাক লমজাউদা
চংকনি চন্না নোংখন্নবা ॥
মঙু নিংথৌ চাউনবা
লমজা মিঙ্গৌ শাগোম্না
পলেম পম্থৌ থাগোম্না
থাংজিং লাইবু খুরুম্না
তোর্বুং লমজাউ পাংখিদো ॥

অসুম্না বানা নাউকোঞ্জরক্লে
মহু নিংথৌ চাউরক্লে
পাঙ্গল শারেপ ফারক্লে
নোংমগী হুম হুম ইল্লক্লে
মপুগী থৌগাই পাংওক্লে।
মচেম গুইবী থম্বমুদে।
অঙাং ওইনা নংবদো
পলেম পল্লৌ শকপীদো
লৈচিল থাম্বা থাঙগুম
মাইথোং থাজ ঙাম্লনি।
কপ্পা নোকপ। থানাদ
অনিম্নি মচিন মনাওনি
অহিং মিংশেল থাঙবগী
ওসিম্বু তুমশিং কাদনা
থম্বা মেংনা নোকচরি।
বানা বানা লেল্লকই
কোরৌ নোংমগী মম্ভুঙদা
পল্লৌ অমুক শা
পলেম অমুক শক
কুমজা কম্না লেল্লকইদো।
মহু নিংথৌ চাউরবগী
শাম্বা পাকল কুলগা

মচেমগী মতেং পাংলমি
অস্নুম্বা মানা থঙ্গয়রকপা
ঙসিদি তাইবং মংকাঙ্গনরেদো ॥
পানথংলকপা নোংদোল থাজনা
নোংম নোংমগী ইনথংলকপনা
থাজ থানিল ওইরকপগুম
থম্বা মাস্থু ঙসিদি
মপুং মরৈ কারক্লেদো।
শক্লেল শনঙাক ঙম্রক্লে
মচেমগী মতেং পাংলক্লে
কৈরোই নৈকাই লাম্বক্লে
কেংমাম্বা মরক তিল্লক্লে
ফিরাল মমাই চুম্লক্লেদো।
য়েল্লাংনা চইন তমখিবা
পৈরুক্না নাবা চউমখিগা
কৈঙোইনা মথেল চনখিবা
য়েল্লাং কেঙোই ওইরক্কে
পৈরুকুম মম্বা তারক্কে।
লোক্তাক ঈশিং অক্কবা
পলেম খোম্লাং শকখিবা
মৌপ্বাগী অরাম্বা কোক্লখিবা
লোক্তাক ঈশিং ওইরম্রে

লেংদবা পাঙ্গল পীরক্নে ॥
মৌপ্‌রাগী মুংঙাই য়াইকনবা
চাবা মচেৎ ওই
শেংপা মনিং থুংদা
ঙহিং তুমশিং কাদা
কয়াদা ৱানা লেঙখিবা ।
অৱাবা মচা লেয়্যা মাংবরা
ইনাকথুন্বা মউ লিবরা
লাইংরবা মপাল শাবরা
হায়নবা লৈদো মৈতৈনা
কয়াদা চুমখ্রবা পাউক্নোনো ।
মহু নিংথৌ চাউদবা
ৱানা নাউয়োক নাংকোন্নকপা
শজিক্কুম মঙাল নাইরক্নে
থবাগুম মশোং ফল্লক্নে
লৈমা নিংথৌনা শকথঙলে ।
ওসিদি থমনু নুংঙাইরে
হয়াও মোমোন নোকচরে
পম্বৌগী শারেপ ফজনি
পালেম খুভম য়্যৌরনি
পোকপগী মহৈ য়াল্লনি ।
মহু নিংথৌ মুংশিবা

ভোম্পোকা মাগীদমক খন্দুনা
লৈকাই কৌগু লংবদা
খুবাক কুরোল হুখিবা
রাজমন মহি ফ লেদো ॥
খন্না খমনু মচিন-মেপাগী
লেঙদ সুংশি রারীনা
তাইবং পুক্লিং শুম্লেদো
মৈতৈ ফুঙ্গা খুদি দা
লেঙদা মুৎত রাকীনবিদো ॥
হে: লাইবক চাউবী খমনু ও:
নংগী অখাঙ কম্বীদো
সুংশি চাউবী থম্মোইদো
চায়োক নাউয়োক হৈবীদো
মৈতৈ সুজানা ফিদমহৌরসনু ॥
খমনু ও: লাইবক চাউরবী
নংগী নগুণ শকপদি
খোঞ্জেল ময়েং তারনি
লোইবা খন্না নাইররোই
কনানা শৈথাবা ঙমগনি ॥
খমনু মদোম নঙ্গেদো
অতৈ কয়ামা লৈরিদো
কদাই সতি খোংনাংদি

কদোমদনো থোইবী লিহোইঙবীনা
য়েংলো লাওনে কুরঙ্গনয়নী।
অসিদনসু লোইবা নত্তেদো
য়াইরিপোক থম্বাল লৈহুংশি
পলেম পন্থৌ তুংওইনরম
লৈবাক্কী রানা মাংওইনা
মৈতৈ চনু রাহেদো॥
তরেং মাংদা থাহনা
লংচাক লহু শাবদা
তওং তমং পায়হনা
লংথাই হারৈ শেম্বদো
ঙসিদি ইমিৎসিনা উনিংই॥
অহল লমম্না হায়নবা
থৌহু নুংনা তাউনিদো
লশিং কাপোন লুপ্লিদো
চুমদা চুম্বা থাকমসে
মতমগী অহোঙবনি থজসিন্না।
থৌহু নুংনা তাউবদো
ঐগী পুক্লিং রাজদে
চাউখৎ খোঙথাংনি থম্মোকে
লশিং লৈনা লুপ্লি
রাদবা ঙমজরোই থম্মোইনা।

মীয়ান মীতোপ চংলক্লে
মৈতৈ নুজা অপুন্বা
নোংশা অমোম পাংথক্লো
নুজা থৌনা থওহল্লো
নুজা লৌশিং উৎলোদো।
কদাই মৈতৈ নুডাই শক্তম
কদাই জাতিগী ফিদম

হৌরো হৌরো ইমোমশা
ইমা মৈতৈ লৈমনা
মশিংদি লোয়না তেংথারক্লে।
পারি ইমোম চাউদবশিং
মৈতৈ নুজা ফিদমদি
মৈতৈ চনু লাইবক্তি
ইমোম নথোয়না শেম্লোদো

পারি ওইবশিং তেংবাংলোদো।
মৈতৈ সনা লৈবাক্তা
থুডম লেংদা লৈহৌরসনু
মুংশি কোলোই শোয়হৌরসনু
মৈতৈ নুজা' ফিভমদি
মৈতৈ লনগৈ ওইরনি।
মুংশিদকো মুংশিবী ইমা ওঃ

হুম্রিং থানা মুংত্রিঙ
প্রলয় মৈরি চুত্রিঙে
কোলোই নংগী নিংখিবী
তাইবং শিম্না ঙাক্সন্নু।



## হাঃ থম্বাল লৈনুংশি

খোইখোয়বা পিশুম তেঙ্গা থোং
মিংচি তেম্বু কাপ্লিবী।
কোইরাওনবা মিংস্না থম্বাল য়েং
কামগী ময়ায় পুরিবী॥
চিম্বাল থম্বাল লৈনা মান
খোইরুম মোমোন নোক্লিবী।
ঙৌরবা য়াতা পুক্লিং হু
পোম্বোয়বী কুণ্ড মাল্লীবী।
মতাকনা ঙৌরবা লাইবক থক
শমজোইনা জগোই শারিবী।
মুরবা শম্লাংনা লেং-লেং চং
ফম্তকপা নিংহু য়ৈরিবী।
তুমতক শাংতক নাতোন পান
স্নজিং নাপোমগুম নিংথীবী।
মাইথোং থাজ শমক্র ঙান
সনাই মথক তম্ফা থিল্লিবী।

ঙক্ত য়েংদ ভাবুক খিবিক
পুক্নিং থম্মোই শুগ্লিবী।
শাংতক লেংথক ঙকশম থক
স্নাগী মরীনা ঙাল্লিবী॥
মতা ফবা থবাক্কী হৈরাংনা
উবদা তিন্নাং তিঙ্‌ংনরীবী।
তাথরকপা অচেংবা খ্বাংবু য়েং
নোংশা অমোম পাংখরুরীবী।
পুন্মুম হাইথরকপা পাম্বোম অনিনা
থম্বৌ হেরাবু ঙমজবী।
পাল্লিবা খুংশাগিং মচা থায়নদা
অচাকপা লংচাকুম পুন্মুমরীবী।
শাংথ লেংথ কৈগন তানা
লফু লেম্রা হেঞ্জবী।
হাইথরকপা খুবোম খুরৈ তা
ফুন্দ্রে' ইংপগুম নিংথীরিবী।
উরিবা খোঙশা খুদিং খুদিংনা
পুক্নিং থোইনা হুরিবী।
নিংথীবী পুন্সনা মশরুক ওই
ফজবা পুন্সনা লৈতেংলীবী॥
মচা থাইনা য়েংঙু খুদিং
পুক্নিং থম্মোই হুরিবী।

লোইবী চীংগী চনুরা নংবু
কাউওয়োই পুন্সিসিনা লৈরিবৈ ॥
মোংদম্বা বিধিনা করম্না শেম্লম্বা
কলা শুনা লৈতেংলীবী ॥
অরা.বা লোইবী চীংদা তোং
মনাং ওন্না থাওমদ্রবী ॥
মীওই পুন্সিগী মপোক পোকলুবনা
তাইবং লীচৎ কাউওমদ্রবী ॥
নংস্থ মীনিকো থরাই পাল্লিবী
নুংশিবা খওবনিকো নহাকস্থ ॥
খৌজাল হৈবী ওাকপী হৈবী
মীনুংশিনা থম্বনিকো নহাকস্থ ॥
লাইজনু.গী থম্বাল চীংগী থম্বাল
থম্বালগী থম্বাল মমান্নৈ ॥
কনানা কনাগী মতৌ তথ্বনো
মীওইবা ঐথোয়না থন্নজৈ ॥
তাঞ্জা মতম নাতৈ চানবা
ফিজেৎ লৈতেং হোংলিবী ॥
মাপগী নাইন্না লেং-লেং চৎ
হাইনা হুম্না নিংথীরিবী ॥
শীঙেল লৈথল শুবা শমজিরৈ
নুপী শম্বুল ওান্নরৈ ॥

ময়েক নাইবী ফিবান লোম্বী
　　নিঙোল ওইবীগী চায়-ফি ॥
শীঙেল নাচোম লৈথল শু
　　নাচোম লৈচল খঙলিবী ॥
লোইবী চীংগী চন্নুরা ওইবী
　　পুন্সিসিমগী নংবু কাউমোই ॥
হৌনা লোনচং চংন ন্নুহী
　　মচা খায়না খঙলীবী ॥
করম্না নংবু কাউগনি কাউঙমোই
　　ঐগী পুন্সিসিনা লৈরিঙৈদি ॥
হা : থম্বাল লাইজম্নুংগী থম্বাল
　　থম্বাল থম্বাল লৈম্নুংশি ॥
হা : থম্বাল চীংগী উথম্বাল
　　থম্বাল থম্বাল লৈম্নুংশি ॥
অনিগী খেন্নবা হংলম্নু ঐঙোন্দ
　　খঙদে খঙদে চেল্লনি ॥



## ঙাইবা তাই

তাইবং পানসে মমথরে
ঐগীনি হায়বা উদরে
লৌশিং থাউমে মুৎথরে
জ্ঞাণগী লংজিল পুনথরে
মম্রে পুম্মম মমথরে
তাম্রে জ্ঞাণ তাদরে ॥

পুক্লিং চেল্লা পাইরো
অহাংবা অতিয়া শিন্থুংলো
থম্মোই পোম্বী য়াওরো
হরাওনা জগোই শারো
বাখল লম্বী য়াংলো
পুন্সি হিদোম হোল্লো ॥

পুক্লিং বাখল ফারসি
অশাওবা খুহুম চৎসি
লৌশিংগী থাউমৈ থাজসি

জাগী লনগৈ থল্লনি
য়াখলগী লম্বী উরনি
তাইবং ঈপাক লাল্লনি ।

হৌখিবনা করি ওইখি
হৌজিক্লা করি ওইরি
তুংদনা করি ওইহৌগনি
সমাজ মীওইবগী সমাজ
কদাই তান্না কুমলুখিনি
করম্বা মতমদা কারক্কনি ।

ঐস্সু নংস্সু মাস্সু
উনা উনা উনদরে
থঙনা থঙনা থঙনদরে
তানা তানা তানদরে
চুম্না চুম্না লান্নরে
লান্না লান্না চুম্নরে ॥

কদাইদনো চংকদবা খুংশন্না
খোংদাকম করম্না থিগনি
কদাই তান্না চংলুখিনি
করম্বা মফম্মদগী হল্লকনি
খঙলবরা অচুম্বা লম্বীদি
উরবরা শেংনা লমথুংকমদি ।

মিংকুপ অমা লাকখিনি
ঐ কনানো খঙলখিনি
মীনি মশক তাক্লখিনি
অপুম্বগী শক্তিনা উংলখিনি
অচুম্বনা মাই পাক্লখিনি
ধর্ম্মনা জয়বু ওইরখিনি ॥

কৌজরি নংবু ননাইনা
খুংলাম তোইনা তোইনা
পুন্সি ইতেং পীবিনবা
থৌগায় ময়াম পাংনবা
খুরুমজরি তাইবং মপু ঙঃ
ঙাইজরি তোল্লবা ননাইনা ॥



## অনৌবা যুগকী অনৌবা ইতিহাস

পুন্সি অসি হৌখরে
নোংম নোংমগী হৌখরে
হৌখিবা মতম খ.হৌদরে।

নারা পুন্সিনি খল্লুবা
পুন্সি অয়ুক্কি নিংলুবা
নুমিৎ কোকতোল লোম্লে॥

অয়ুক্কী লিক্লা কংলম্লে
শিঙ্গারৈ লৈমাইদা কেল্লম্লে
মঙাং নুমিৎ রায়রম্লে।

নুবাং পুন্সিনা চায়থ্রগা
খুমন ময়ুম চংলমদাই
পুন্সি নুমিৎ য়াচংলক্লি॥

পুন্সি নুমিৎ তারমদাই
মপু মাগী মিৎচেনা
খরগী পাঙ্গল ওইরক্লি॥

মতম্না কনাবুস্থু ঙাইরমদবা
পুন্সি লল্লোনবা লাকপদো
ভাইব, কৈথেল থম্লনি ।

খুত্থম শিংনা লাকপনা
খুবাং তিংনা হল্লনি
পুন্সি থোংচং লোম্লনি ।

পুন্সি খোৌগাই য়াঙ্গনা
অকক্লবা মতম ওইবনা
পুন্সি অসি নি ঙমহৌরগ্নোই ।

চংশ্রসন্নু মতমস্থু খঙহৌদনা
হৌশ্রসন্নু পুন্সিস্থু নিংঙমদনা
হল্লক্লসন্নু ঙম্নমক হন্না ।

হেৈংগবা মতমগী ইতিহাসনা
শেংসন্নু ঙনৌবা ইতিহাস'না
অনৌবা যুগকী পোইরৈদা ।

*

ৱাহৈতনা ওইরবসু লাউথিগদি

ঐনা হিংলি মীওইরক্কা
ঐনা চাওরকই মীওইরক্কা ॥
ঐনা হিংলি কনাগীদমক
ঐনা হিংলি মীওইবগীদমক ।
ঐনা খল্লি কনাগী
ঐনা খল্লি মীওইবগী ।
ঐনা তিল্লুদে শাগীলক্কা
ঐনা ওইরোই শাগুম্বা ॥
মীগা খেন্নে শাগা
ওইদে মী শানা ॥
ঐনা পাম্মী শান্তি
শান্তিনা অথোইবা পাবেনি ॥
শান্তিনা করিবু থঙহল্লি
শান্তি পুক্লিংগী শান্তিনি ।
নোংনা বা-বা চুই
নোংহু ঈশিংনি নুই ।

শিংলি বুং বুং মুংশিং
শিংলিবহু ইঙই মুংশিং।
সমুদ্রগী ঈরাওখোল তাই
সমুদ্র পুকচেল তপ্পৌনি।
পুকচেল শেংবা ইংবনা
মীওইবগী মগুণ ওইবনি॥
মীওইবগী বাখল লুবনা
পুন্সিগী চৈথ ওইবনি।
ঐনা মীওইবগীদমক খন্নুবা
পুন্সিসে লেখা পাম্বনি।
মীওইবগী থবক তৌজনিংবনি
মতুতনা পেম্বা ওইগনি॥
তীও শোকপমখৈ লাউরি
হাইৎতনা ওইরবসু লাউরি।
মসিদা নোঙগে নোঙ্গজসহু
নোঙ্গরবসু খাঙবা তম্লগদবনি॥
খঙলক্লবদা অমুক নোঙ্গরোই
মতমতুদনা মখোয়বুহুম নোঙ্গবিরজি।
মতুংদা অমুক মখোয়বুসু
জোঙ্গনিংবগী বাখল পোক্লরোই।
মীওইবা জাতি খুদিংমক

ওয়্না জোগ তানরক্লগনি।
মতমঁছুদা লিংবা ওন্নগনি
অনিংবা লাইরৈবাক অমদি।
তাঁও শোক্কা লাউরি
বাহৈতনা ওইরবস্থু লাউখিগদি



## থবাই মীরেল পম্বুং

(১)

হিহোন্না নংবু কৌজরি খুংলাম তোইনা ননাইনা
কোরৌ মুমিং য়াম্লক্লে তাইবং চিঙাক চারক্তবা॥
ঈশিং মরিক অমা ইয়াসিদা তারক্তবা বুয়বক্লেদা
তাইবং হকচাং পোলাং অমম্বা ঙম্বা তুংওইনরম্লেদো॥
থাঙম থাঙমদনা থারম্রে থবাইনা বিদায় লৌরক্লেদো
পলেম নত্ত পলেম শারম ইমাগী তুংইল্লক্লেদো।
ইমাদি মাঙখরে উংহৌদরে থবাই পোম্বী লক্কুরে
ঈথক্লা চাওরিবা ঈরৈনা কল্লিবা বৈতরণী তুরেলসে।
কদায়দা চংখরে মুরাগী শগাং অমগী খোং
কদায় উদরে মোমুগী শম্লাং অমগী পাম্বৈ॥
ওঃ হিহোনবা নংবু তারিবরা খুংলাম তোইনা কৌংবা
চাক মরু অমা চারক্কে ঈশিং মরিক অমা থরক্কে॥

ওঃ হিরাম্বা নংবু ঐনা কৌজরি বৈতরণী তোর্বাস্সিদা
চারক্কবা কোরৌ কুমররক্লে থক্রুক্কবা মুমিৎ য়াম্নক্লে।
পলেম পম্খৌ অনিদগী থবাইনা বিদায় লৌরক্লে
ইচিল ইনাও মরুপ মপীজা শাগে নাতে কায়নরক্লে।
তাইবং লীলা লোইরক্লে লাইরৈবাক তম্না লাক্লেদো
মাংদা বৈতরণীনা থংলেনে ঐগী পম্বুংনা কদায়নো॥
ঈথক্লা লোম্নাইদনা কারিবা ঈরৈনা খুংলোম্না লৈরিবা
কোরৌ শিংবুম লানথরে লোইদাম থাবুম ফারক্লে।
ওঃ হিহোম্বা নংবু ঐনা কৌজরি তোর্বাস্সিদা লেপ্তুনা
লাম্বনা চরিসে তৎকদৌরে চদৎ হাপোইনরেনে।
কদাই নংগী থৌজাল কদাই চান-না মীনোক
ওঃ হিরাম্বা নংবু ঐনা কৌজরি বৈতরণী তোর্বাস্সিদা॥

(২)

ওঃ বারনু ঐ লাক্লে নোং ওইনা লাক্লগে
ওঃ কপ্পনু ঐ লাক্লে লৈচিলগী দোলাই লোইনরকে॥
ওঃ তাইরমখো লাক্লগে নামিবা মুংশিংকী হুমাই য়াওরকে
নংবু ওকপা লাক্লনি অওক ঈশৈগা লোইননা॥
নংবু মুংতাইনা থম্বিনি নংবু নোক্লা লৈহন্নি
নংগী চেংজেল পুরকে বারনু কপ্পনু মোম্নু ওঃ॥
নংগী লম্বী তাকনি পম্বুং শ্রোইদনা য়ৌহন্নি
উনগী লম্বী অইংবনি অরুম্বা ফি-রোল পীগনি॥

লখী খুদিং মখনি মণি মুক্তানা থামগনি
মীরগ্রেন্দা অমুক তিনফদ্রে লাইরম্লেন্দা অমুক তিম্নরো।
মানা মানা তৌবনা মানা মানা ফংবনি
অরা মুংঙাই অনিদা নংগী শরুক য়াওবনি।
নংবু নিংথৌ হাপকনি নংবু ঐনা ঙাইবনি
রারমু কপ্নমু ঙাইরমখো ঐ লাক্লে লাক্লেনে॥



## মান্নদবগী মান্নবা অধিকার

পাম্বী অনিদি হৌরিয়ে
হৈনৌ য়াম্নদি পাল্লিয়ে।
অশংবা হৈনৌস্মু য়াওরিয়ে
অমুম্বা হৈনৌস্মু য়াম্বরিয়ে॥
অশং অমুন মরক্তা
করি করম খেম্নরিবা।
শংলিঙৈ অশংবগী মগুণ
লেঙদনা অহুম মরৈয়ে॥
মুল্লিঙৈ অমুম্বা মগুণস্মু
লেঙদনা অহুমময়াওএ॥
হৈনৌ অশংবস্মু মুল্লকনি
মুল্লগা মগুণ চপ মান্নরে॥
হৈনৌ অমুম্বস্মু শংলম্বনি
শংলিঙগী গুন্দু মরৈরম্বনি॥
অহুনদি পোং হায়বসে
মকম মতমগী মতুং ইঙনি॥

নুপী নুপাগী খেন্নবা
খবক্লা উৎপা তার্বনি॥
নুপা নুপী মান্নবা
মতম্না শাক্কি ওইবনি॥
নুপীগী মশন্না শাংইবা
নুপাগী মশম্না তেল্লিদো॥
নুপীগীনা শাংবা হেল্লিবা
নুপাগীনা তেন্না হেল্লিদো॥
কনানা কনাদগী হেল্লিবা
কনানা কনাদগী রাংল্লিবা॥
কৈজোম খুহুপ তরানি
কনেক খুহুপ মরিনি॥
নুপাগীনা শাংবা হেল্লিবা
নুপীগীনা তেন্না হেল্লিদো॥
কনাগীনা কনাগীদগী শাংল্লিবা
কনাগীনা কনাগীদগী তেল্লিবা॥
নুজা পাঙ্গল শোন্নিনি
নুপা পাঙ্গল কম্বনি॥
কনানা করি হায়রিবা
কনানা করি খল্লিবা॥
অরাং অহেন হায়নহুনা
অথোই নাপল কানরি॥

চিন্‌বুং কৈথেল কানব্রিবা
অমাং অতোঃ করিনো।
প্রকৃতিনা শেম্বা খুংশেমদা
নুপা নুপী মান্নরমদেদো॥
নুপীনা নুপা ওইদগুম
নুপানা নুপিদি ওইদেদো।
প্রকৃতিগী মথা পোন্দুনা
পুন্সি মপুং ফাহন্নি॥
অঙম্বা মতেং পীনবনি
অমনা অমগী মরুপ্নি।
নুপা-নুপী পুন্দুনা
সংসার অসি শেম্মিবনি॥
অমা ব্রাংপদি য়াদেদো
অনিগী থৌদাং য়াংরিদো।
মান্নদবগী মান্নবা অধিকারনিদো
মতম্না শাক্তি ওইরিদো॥



## মালেম নোংদোল কৈরাক

ঐখোয়বু পোকপা পন্থৌগী
মচিন মনাও অহুগ্নি ।
ইপাবু পোকপা 'পুবোকশিংহুবু
মচিন মনাও অহুম্নি ।
পুবোকশি হুবু পোকপা 'বুধৌশিংহুবু
মচিন মনাও অহুম্নি ॥
'বুধৌশিংহুবু পোকপা পুরেনশিংবু
মচিন মনাও অহুম্নি ।
পুরেনশিংবু পোকপা নাককপশিংবু
মচিন মনাও অহুম্নি ॥
লোয়নমক য়ুম্বান কৈবাম্নখি
পান্নাও শিংনাও তান্নহৌরি ॥
ওয়্নমক লাইরম্রেম্দা তিনথ্রবসু
মচা মশুশি দি লৈনহৌরি ।
ঐখোয় মশেল হৌজিক্তি
অমগা অমগা শকথঙনদরে ॥

য়ুম অমগী মথাদা
ঐখোয় পুন্না লৈমিন্নদরে॥
মশেল অমগা পুন্না
মতম অমদদি লৈমিন্নরম্মী॥
য়ুম অমগী মথাদনি
ইমা ইপাগী 'নাক্তনি॥
অহুবু হৈজিক্না কদাই
লৈকাই হোংবফাও য়াওনখ্রে॥
মাগী মাগী হিংনবদা
মরী মতা তংনরে॥
য়ুম্মাং-কৈমাং তাক্লখিদরে
কোক-লু পায়নখিদ্রে॥
মতমগী য়াওন তুংইন্বনি
থিনরুবস্থু ঙম্নদবনা তৌবনি॥
অমগী মরাল থিনদে
রাখলদি লোয়না মচৈম্নে॥
অনকপনা মরী মতারা
অখণ্ডবনা শাগৈ নাইতরা॥
'সিগী লীচংসিবু খণ্ডদরে
ঐখোয় মীওইবনি মীওইবা॥
ঐখোয় নিঙোল পিবাগনা
ঙম্না পুন্না তরানি॥

ঐখোয়স্তু ইচিন ইনাও
নিঙোল পিবা পুম্বনি ॥
ঐখোয় লৈমিন্নরিবনিনা হৌজিকমক্তি
লোয়না ঙম্না শকথঙনরি ॥
মুংশিনব্রবস্তু ঐখোয় নকুরি
নকুব্রবস্তু ঐখোয় মুংশিনরি ।
ঐখোয়স্তু ইপা ইপু
পুরেল মাককপশিংহুগী মতৌঙম্বনি ॥
মোংমদি তাম না লৈনরখিব্রা
তাম্নবস্তু নক্না মুংশিনরখিব্রা ॥
মোংমদি লম্লাম্বা ওইনরখিব্রা
লাপ্নরবস্তু থম্মোইদি তিমরখিব্রা ॥
ঐগী ইচাদগী ইণ্ড
ইশুদগী শুথাং অমনি ।
শুথাং অমদগী শুরোল
শুরোলদগী শুরোল অমনি ॥
ওস্নোকপনি নোংদম্বা বিধাতা
লাইবক্তি থীনা তম্লমগ্রবোই ।
ঐগী শুথাংদগী শুথাং
শুরোলদগী শুরোলশিং অহুগীনি ।
লৈনা জগোই শাজবহুনি
হরাও তয়াম মীলোক্কুনি ।

ইমিংসিনা পেল্লা য়েংজনিংইবা
ইনাসিনা পেল্লা তাজনিংইবা ॥
অহুবু লাইবক থীবননি
মীওইবগী মপোক্তা পোক্লম্লননি।
কংলয়োই ঙম্লয়োই মপোকসিমগী
উরয়োই তায়য়োই লাংওনসিগীদি॥
ঐদি লাইরম্লেন্দা চৎপ্রগান
ইপাগী 'নাক্তা হনপ্রগনি।
মালং ওইনা শিংলরান
থবাইমিচাক লক্তা তিল্লরনি ॥
অহাংবা নোংদোল লৈবাক্তগী
থবাই ওইনা য়েংলক্লনি ॥
ইচা অমগী হাক্তক্তা
নোংদোল কাবা ঙমপ্রবস্ন।
ইগু অমগী হাক্তক্তা
নোংদোল কৈরাক থাবনি ॥



## থাদোকপা

মপানা অঙাংন ফরুই
ইমা কৌহুনা কপ্লকই ॥
মমানা মচাহু ফুবদস্থু
ইমা ইমা মকপই ॥
মবোক্না চৈ-থাংলুবদস্থু
ইমা কৌনা মচংথি ॥
মপুনা ফুগে তৌরস্থু
ইমা ইমা মচেনখি ॥
থুদি থীরে মকপই
মচিন্দনা ইমা মশোন্নি ॥
হরাও মোমোন নোঙ্গস্থু
ইমা য়েংউ মহায়:দা ॥

অল্লো নাহে ভল্লসু
অল্লো ইমা মথাঙইদো॥
হারে মুংঙাইরে ইমানি
মিকুপ খুদিং ইমানি।
মালেম শিল্লা থিরসু
অপোকপী অনি ঙরোইদো।
ইমা ইমা অপোকপী
পলেম ইমা মুংশিবিনি॥
থা তল্লা নাউপুনা
মচাবু নাউয়োক মীতল্লকপীনি।
তাইবং মঙলান ফাঙবদা
খোল্লাং হৈরাং মাইয়োক্লুহন্নিনি॥
খোল্লাং লমন শিংঙল্লোই
ইমাগী লমন কাউঙল্লোই॥
অবা-মুংঙাই অনিদা
মিকুপ খুদিং কাউজরোই॥
মচাগী লৈয়েং লৈতোন্দা
ইমা হায়না ইজগে॥
পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা
ইমাগী মিথে শোঙ্জগে।
বার-চোকথর মত্তমতুদা
মচাগী পাঙ্গল ওইজগে।

পুন্সিগী অরোইবা মিকুপ্তা
ইমা হায়না চাংয়েংজগে।
ইমাগী নিংতম লানফমদা
থবাইনা পোম্বা ওইজগে॥
মিকুপ্তু ফাওবা অরোইবা
ইমা শোম্না থাজগে॥



## কারবার

চৎলিবা চহিগী থাজৎকী মঙ্গুংদা
থা তরেৎ হৌখিহনা নিপাল হায়রক্লে।
ইমাংদা দুকান'মগী মিৎয়েংফমদা থেৎলি
ল্যাকদৌরিবা চহিগী অনৌবা কেলেণ্ডর
লোইননা ফংবিরগনি ডাইরি, খুৎপাই।
ইণ্ডক ণ্ডকই, ইতাও তাওই
মতম্না অসুক থুনা হৌখ্রিবসি করিগীনো
চিংনজৈ মিত্রং হৈবনা চিংশিনথ্রবরা॥
চৎলিবা চহিগী ঐগী থৌরম পরেং
পুম্নাও মাণ্ডখরে অকিবা পোক্লে॥
ঐনা খল্লম্বনি থা খরদি হৌখরে
অহবু থা মরি মণ্ডাদি লৈরি॥
হৌথ্রবা পুন্সিগী তাঙ্কক কয়া নিংশিংলি
অমাং অতোংগী হিসাব পারি।

করি তৌহৌই করিনা তৌহৌদে
অঙ্ক হোংলি ফল য়েংলি
তিনশিংগী খাইদোক্লে পুরিনৈ য়েন্থোকনৈ ॥
মতম্মা কনাবুসু ঙাইরম্বা তৌদনা
তুমিন্না চংখিবা উহন্দনা লোংখিবা
ঐবু কপকত্রা মত্রগা নোকদয়া ॥

কপ্লিবা ঐনা —
মতমগী মমল খঙদবা কৌগদা
মতমবু অরেম্বদা মাঙহনখিবগীনি খনগত্রা ॥

নোক্লগনা করি —
মতমগী মমল খঙবনি হায়গত্রা
মিকুপ'মা অরেম্বদা মাঙহন্দবগীনি লৌগত্রা ॥
হুং ঙকময়দি খনমনগ্রে —
খিংবসু ঙয়রোইদবা নক্ষৎতুনা চৎপ্রগদবা
মতমবু ফাহনা শিজিন্নরি য়োল্লি ॥

অঙম্বা মানা —
খা তরানিথোইবু লল্লোঙরি কেলেঙরদা
নুমিৎ চহুম হুম্ফুমঙাবু ডাইরিদা ॥
দশা লাংফম খঙবিয়ু খুৎপাইদা
লাকদৌরিবা চহিগী অনৌবা খুদোলনি ॥

মনিদগী খওলে—
কারবারনি কারবার পুন্নমক কারবারনি
মালেমসিদা ঐখোয় ললোম্বা লাকপনি ॥
লোম্না কপহৌই—
ঙসিদগী নোংমা নোংমা হৌখিবনা
নোংমদি ঐখোয় কারবার লেপ্পবগী য়াথং ॥



## কনাগুম্বা মরুপ অমদা

আশা পামেল অপুংবা
চেক্লা পুম্না কায়দোংমিম্নরম্বা
করিগী পুকমেন পাউমেল্লমদা
নদোম তরক পাইবিবা
নপাং কনা য়াওদনা
চেক্লা ননিং থুংদবা
পোম্বী করি য়াওবগে ??

নরোই ননাও খিবিক্লা
পাইখিন্নু হায়নদা খামজবা
হেংথা নাওই তমত্থনা
নিংঙমদনা লৈহৌবা নত্তনা
করি উপায় লৈজদবা
রারৌম্নুকো চান্নবা মরুপ্নোই ॥

'পাবি চাউদ নাউকোন্নম
নমোম পিকপা নাউয়োন্নম
তাইবং শিন্থা লোইরমদা
থাঙঙ্থক্তা কেম্মু তমগ্রবোই
নোংঙ্থা বিথিগী কলমনা
ককপা য়াদ তয়মবোই
লাইবক কোবা চেবাংদা॥

খোঙাক অশিথেন ময়ৌরুনি
মকোই মুংওন-চীং কারুসি
ঙমং য়াইথোং কুমলুসি
খমনুং কিকোই মুংওম্বীনা
পলেম নত্ত পলেম-শা
পুকমেন পাউমেন চিরোন্দা
মরুপ করিগী থাজরুবগে??

হুন্দোক্লম্বা হকচাং পোলাংদি
খাম্বী মৈনা য়ায়রম
খবাই পোম্বী ওইবনা
ঙাইহাকীদি কায়দোংক্ষম ওইরম্বা
হঞ্জিনকমদি খঙদ কঙাওনবা
নিংঙম নিংঙমদা হনথিবা
করম হায়না শৈথারসিগে??

মতম্না ঙৈরকপা পুংলোজি
মতম্না থেংলকপা চৈথেংদি
পুম্নমক অশিবা মচানি
অকোন অহানবী রাতনি
ইদোম তম্নক লাকপনি
কনা লোইনরক্তে লাকপদা
কনাবু লোইননি হয়দা ॥

ঈশিংনা থজিন থুম্নকাল
ইমিনা ঐবু থারকাল
খুতুম শীংনা লাকপদো
খুবাক তিংনা হল্লনি
পাইখ্রো চেক্লা নিংতম্না
চংখ্রো পোত্থী নদোম্না
তাইবং পোত্থু থাহনা ॥

শজিক মতুং ইনহনা
থবা মমৈ য়ায়হনা
মরুপকী শেংলবা আত্মানা
মপুগী খুম্না ফংহনা
তাইবংগী অবা-মৈশা কাউহনা
ইংনা শান্তি ফংহনা
পোথাবা ফংবা ওইযুকো ॥

পুন্সি লৈরাং তদেকপা
লৈকোল লৈরাং ঙাম্নবৈ
শীঙেল মাচোম শেম্নবৈ
মপুই নাক্তা হন্দুনা
মপু মাগী লৈকোলদা
লৈনম ওইনা তিল্লুরো
ঈপানাক্তা য়োম্নোকো মরুপ্নোই ॥



## তাইবং জগৎ

লৈরাংনা ফুগাইমা শাংলি
খোইমুনা ঙংনা পাইরি ॥
মালংনা লীরি শিংলি
মহৌশাগী থুংশেম ওইরি ॥
লৈরাংনা তনিক তনিক্লি
খোইমুনা তথক তথক্লি ।
শীঙেলনা লৈনারক্না লোংলি
খোইমুনা মিপাইনা থীরি ॥
লৈরাং পুক্লিং পেন্নরি
খোইমুনা খোইরাং খোইশাউনরি ॥
শীঙেলগী অমিংবা ফোঙলি
লৈরাংগী অপাম্বা হায়রি ॥
বাহৈগী মপাদি কংদরি
বাথলগী লংজিন্দি পুন্নি ।
থম্মোইদি লাইমন ওইজরি
পুক্লিংদি হরাউ তুজুংলি ।

খোইমুদি তয়াং তশোইজরি
তনিক মিপাইনা থিজরি ॥
কে-কু লোৎপী শাম্নরি
অরোৎ অকোং তেমশিংনরি ॥
থাজনা লৈচিল্লক্তা লোৎচরি
লৈয়াংনা লৈনারক্তা লোৎচরি ॥
লৈচিলনা পাইবদি লেপ্তুরি
খোইমুনা থিবদি তোক্তুরি ॥
লৈচিলনা শমাই লৈখরি
থাজনা নোক্না ঙাঙ্গরি ॥
খোইমুনা মূনা য়েংজবি
লৈরাংনা পেম্না নোকচরি ॥
খোইমু লৈরাং ওইনজরি
মিংকা মিংকা চানরি ॥
থম্মোই পাওখোং চম্নরি
পূক্লিং খোইদা তিন্নজরি ॥
লৈরাং খোইমু পেম্নরি
মপুগী খুংশেম নিংথিরি ॥
উশাদা তোংলম্বা চেক্লা-চাদি
ইকাই মুংশি পাইথোকখ্রি ॥
মালংদা নিংতম পাইজরি
মালংনা লীরি শিংলক্লি ॥

লৈরাংনা তনিক্লা খাঙজরি
খোইমুনা তুফাং য়ৈশিল্লি ॥
লৈনাগা লৈনাগা থেংনরি
খুৎশা তনিক হাইনরি ॥
তুমিন লৈয়ু পাউমেল্লি
থাজস্থু লৈচিল্লক্লা লোংচরি ॥
তণ্ডুপ তরেং থরালনিং
তুমিন মিৎচি থৎনরি ॥
মপুগী খুৎশেম নিংথিরি
লৈরাং খোইমু কুম্মৈনি ॥
তাইবং কুম্মৈ ওইনরি
তাইবং শিঙ্খা পীনরি ॥
মীওই মপোক শকতাক্লি
মপুগী খুৎশেমনুংদা তিন্নরি ॥
অনি ওইবগী পুন্সিনি
মিৎকুপ অমগী ওইনরি ॥
খোইমু ওইবা মহৌশানি
লৈহি পেন্না চুপচরি ॥
শীঙেল তুংওইনরম পাইখরি
লৈরাং ওইবী পুন্সিনি ॥
কাইনা মৈশা লাংজরি
খাইনা মৈখু খুজরি ॥

লৈরাংনা লৈমন চম্বনি
শীঙেলনা লৈচা শেংপনি ॥
মিকুপ’মগী পুন্সিনি তাকপনি
পুন্সি থৌদাং শকপনি ॥
লৈরাংনা লৈকাদা শেংনরি
শীঙেলনা মঙগা কায়নরি ॥
মালেমদা চোইনা তাথরি
লৈনম্না মালংদা তিনথরি ॥
কায়না পিরাং ঈহৌরি
মিকুপ’মগী পুন্সিদা লোমজরি ॥
খোইমু লৈরাং মীনোক্লি
তাইবংগী ওইবা মীনোক্লি ॥
লৈরাং খোইমু কায়নরি
শংেল মাঙ্গা শেংনরি ॥
তায়বং ঐখোয়স্থু অক্মানি
লৈরাং খোইমু পানখক্লি ॥
হংঙা হায়বা শৈহৌনি
অয়ো হায়বা শৈরোইনি ॥
মিকুপ্তু থঙনা কাউবনি
পুংজাদি ঙৈকা ঙাইবনি ॥
নোক্লা লেম্বা পুন্সিনি
পুন্সিহু কপ্পা কায়নবনি ॥

ভাইবং জগৎতি লৈহৌনি
বিশ্ব জগৎতি পাহ্লৌনি ॥
ভূমিৎ থানা শাক্কিনি
অনৌবা পুন্সি শেম্মরনি ॥
কপ্পা কপ্পা চংখিনি
নোক্না নোক্না পাল্লরনি ॥



## নারকী লৈরাং

তাম-না তাম-না মতাইদা
সমাজগী মচি অমদা
লৈরাং অমা শাৎলম্মী
মপুগী লৈকোল চিদাইদা
শাইজিন শায়া লাপ্লদি
ঊনারক্তা লোৎনা লৈরম্মী
মূনা মূনা য়েংলম্মী
পুন্সি অর্থ থঙনবা।
তাইবংগী লীচৎপু হঙোইরম্মী
মীওই লমচৎপু তুকচরম্মী
সমাজগী মীনোকপু তাথিরম্মী
থাগৎ রাহৈদগী লাপচনিংই
হঙোই মিৎয়েংদগী থাপচনিংই
পোক্লকপগী অর্থ করিনো
হিংবনা পুন্সিনি থল্লিবা
মরু কেয়া থাঙজরি।।

অমুকস্থু মূনা ময়েংজৈ
তাইবং মীবু শক'ওনবা
ম'শ্মোই ফাজিন লাক্লরি
সত্যাগী রাশক চেংচরি
মপুগী থৌদাং ওাইজ'রি
লৈরাংগী মগুন্দি ওাকচরি
মোক্লা নোক্লা খাঙজরি
নোক্ল-রাহৈ কয়াদো
পম্লা থকী লৈরাংগী।
মপুগী লৈকোল সুংহুদা
লৈকা কম্লা শাংচবী
পম্লাথকী লৈরাং ওইরিবী
করিগী অহুক নোক্ল-চাওবকা
খশ্মোই নংদমক পাম্বরা
ইকাইবা নংদমক খঙবরা
মীগীদি খশ্মোই পান্দরা
মীদি ইবাইবা খঙদরা
য়াদৈ শাংপনি উদরা
মপুগী য়াথংবু ওাকপনি
চা-নবা হিংবদি নত্তেদো
হিংনবদি চাবনি মাগীস্থ
চেং খুয়া'মা চারিবা

লেম্নদি চাবা নত্তেদো
হিংলিঙৈ কৌদি মানিনা
মাগীস্না বাখল'মা মৈন্নৈঙ্গে
থম্মোই মাগীস্নু পাম্বনিনা
মহু-নিংথৌ স্নুংশিদো
মচিন মনাও চান্নিদো ॥
তাইবং মীয়োল শেবাংনরবী
অচুম অরান তাম্নোন্নরবী
বাখল বুদ্ধি চোইন্নবী
মাংগী লম্বী তেল্লবী
তুংগী লম্বী শাংহৌরবী
অমুবা শন্নাং ঙৌরবী
মপোক মম্না লাংলবী
কম্নাক কুরু শুংলবী
পলেম মমা নুংশিবী
কর ফত্রস্নু মমানি
ইমা মিঙ্গৌ অমত্তনি
পলেম অনি শুদেদো
মাবু থানা চংঙমদে
মত্র-নিংথৌ চাউনবা
মৌপ্‌বাগী থরাই হিংনবা
মী-ওইবা ওম্নবা হোংনবদা

শামা পাঙ্গল চাওদ্রিদৈ
তাইবং য়ুমলেপ তামঙমদ্রিদৈ
মথম্মোই খুহুম শুনদি
হিংজরীবী থোংলবী লৈরাংনি ॥
কলা খুদিংনা ঙাম্মোইরিবী
থোংনা নোংনা শেম্বীনি
ফজবা পুম্বনা তিম্বনি
নিংথিবা পুম্বনা হৈবীনি
মাগী করি রাত্তেদা
নঙোন্দগী করি তাদেদো ॥
লৈরাং ওইবী গী পুন্সি
শীঙেল ওইবী মরমচৎ
ঙম্না লোইনা মমানৈ
শীঙেল মরুপ মপীজানি
থোংল রাহৈ অমত্তং
নুংশি নপাউ খোন্দুনা
খম্মোই মাগী খৌজাম্বিমু ॥
মাসু লৈরাং চারনি
মপু মানা থাজবা ॥
তাংদ য়াদৈ তাংজবীনি
তনৌ তনৌরবী মহাক্নি ॥

ভাম-না ভাম-না মমেংউ
নকুদি থক চংঙু্হু ॥
শীৎেল মীপাই চাওখীনি
থম্মোই খৈনা নিকখিনি ॥
মাগী মতৌ য়েংঙম্লোই
ভকু খুদিং মহাক্তো
লোমা লোৎনা মমেংউ ॥
অয়েংবগী থম্মোই হুখিনি
চম্লবা মাগী পুন্সিনি ॥



# কোকিল উরুবদা

ঐনা মাবু য়াম্না পামজখিবনি
ঐনা মাবু তশেংনা নুংশিজখিবনি ॥
খংখিদে ঐদি অপাম্বা করিনো
পামলুদে হংবস্সু নুংশিবনা করম্বনো ॥
অসিনি অত্তবু পুক্লিংদা যাওখিবদি
পামলুবনা নুংশিরুবনি নুংশিরুবনা পামলুবনি ॥
তাকপস্সু তাকপিরমদে খঙহৌদনা ঐদি
থম্মোইদা ফাওখিবনি পুক্লিংনদা নিংজখিবনি ॥
পুক্তি লাইমন ওইহৌদুনা তোকখিবনি
মৈরিক্তুনা হকচাংবু চাকথেক্লনি নিংখিবনি ॥
পামজরুবগী রাখিবনি নুংশিজরুবগী মহৈনি
তশেংনমক ঐ খাঙবা কনখিবনি ।
আঃ কোকিল ! তাম্নবস্রিদা লমদমদি
য়েংনিংনা কোকিল নশক্তু য়েংখিবরি ।

তানিংনা তাখি খৌরাংনা খোকখি
খোংবদো নংনা স্নুরদো নংগী॥
তারুবদা নখোঞেল মুংশিবদি ফাওখিদে
নিংলম্বহ্ ওইখিদে খল্লম্বহ্ থোকখিদে।
খল্লকখি পুক্লিংদা ফাওখি থম্মোইদা
মফম মতম ফিভম্না পুবরা!
খঙলে খঙলে হাঃ কোকিল মুংশিবা
অশৈবশিংনা মায়াগী বাহৈদা তোংহনা
মশা পাজুন্দুনা কল্পনাগী অঙকপা
য়োংহন্নিংবা মফমদা হেক য়োংহন
ওইহন্নিংবা মওংদা হেক ওইহন
মুংশি কায়নবনা চেক্লা ওইহন্নিং
অপাম কাদনা পোম্বী য়োংহন্নিং
পাইওম্বগী মনিং তম্বৰু কল্লকচ
মুংশি মাগী মপাও তাজনিং
পাম্মু মাগী পাউদম ইখৌলাং
কোকিলগী পঞ্চম স্নুরদা ভাউজ
থাগৎপগী চিরোলনা নাকোং কুনখিবনি॥
অহুমক্লরা অম্মুক খেন্নবা ফাওরিবা
খঙদে অশৈবা কবি ওইরুদবনরা।
কদাইদা চৎপ্রে পঞ্চম স্নুরনা
কদোম্মদা লোৎপ্রে নিংখিবা শক্তম্না।

ঐস্মু শকী ময়ায়দা তাওরম্লবা
নংগী অপাম লাংদা থুরম্লবা
নংগী পঞ্চম স্বরনা শুক্কৎলম্লবা
নংবু তশেংনা মুংশিবা ওইরম্লবা
ঐস্মু নংগীদমক ঙাওজবা ওইরমগদ্রা।
অহুবু করিগীনো করি মরম্লনো
খাঙহমদ্রবা থম্মোই লাইমন্দি ওইহৌরিবা॥
পাইখ্রো নংস্মু কোকিল চেক্লানদোগুম
ঊৎলুরো তোঙান তোঙাম্বা শক্লোন
তাহল্লুরো মাম্না পুরবী স্বর
চেল্লুরো কোয়না নংগী পাউজেল
তমল্লুরো কায়রবা থম্মোই পাউদম
য়েল্লুরো তায়বংদা মুংশি আমৃত॥
ঙংলম্লগে নাপদা হায়রম্লগে লোম্না
অহেম্বা রাহৈগী অথোইবা স্বরনা
তাইবংবু লাম্না শুক্কংকে থনগন্নু॥
ঊৎলু নংনা তম্বীয়ু তাইবংদা
অশেংবা শক্তম মহৌশাগী স্বর।
কম্বীয়ু নংনা লমজিংবিয়ু কোকিল
অরাম্বা লম্বীদগী অচুম্বা লম্বীদা॥

*

## কংলৈপাক

লোয়বী চীংশানা কোয়রিবা লম।
থম্বাল লৈনা ওংদা লম॥
তম্পাক্তা থমচেৎ ওইরিবা লম।
ইমাগী তম্পাক পাংখক্লবা লম।
লোক্তাক মিংশেল ওইরিবা লম।
থাংজিং চীংনা উফম্নবা লম॥
কৌব্রুনা লৱাই শক্লিবা লম।
তাকমেন লমফেল পাঙলিবা লম॥
চীংঙা পীশুম ঙাল্লিবা লম।
কংলানা খোইদৌ লেপ্লিবা লম॥
তুরেম্না থ্বাংচেং লাক্লিবা লম।
লৌবুক্তা মহৈ-মরোং চুম্লিবা লম॥
সনামহিনা নিংথৌ ওইরিবা লম।
লৈমরেল ইমা-শিদবীনা কোল্লিবা লম॥
লৈরাং লৈখল শুরিবা লম।
হৈরাং হৈখল বাংতবা লম॥

চীংন্নুং তাম্না খোঙলিবা লম।
তমগী পোম্বী-চেক নোংস্রবা লম॥
লাংথরৈ মউ লিংলিবা লম।
নৈশং খেকয়াইবনা ঙাক্লিবা লক॥
উহল কোকহলনা শেক্লিবা লম।
পুংস্লাই নৈহৌয়ামা খেল্লিবা লম॥
মালংনা লীরি হুস্লিবা লম।
লক্সাংদা খোম্থাং য়ৈরিবা লম।
ঋতু তরুক্সা থৌগল্লিবা লম।
নৈশেম খুংশেম চান্নবা লম॥
শক্তিবু কাং কাপ্পবা লম।
মেরা কাংজৈ শান্নবা লম॥
নম্ খুন্দা অহাম্বা লম।
মৈশেং মৈদি হৌবা লম॥
কলাগী পুকৈ চোল্লিবা লম।
সংস্কৃতিগী ময়েং তাম্রিবা লম।
মপারি 'থৌবা ফুম্নবা লম।
মমোম সতী শাংপা লম॥
থৈন য়াংকোক ওংদা লম।
পীক্লা মঙাল চাউবা লম॥
শক্তিকুম মঙাল নাইবা লম॥
থবাঙম মশোং কম্বা লম॥

ভারত নোংপোক ডাইনবা লম।
মালেম শিন্না খণ্ডনবা লম॥
চীংমী তন্নী পূম্বা লম।
কংলৈ কংলৈপাক হুংশিজরবা লম॥
ইমা কংলৈপাক কোলোইনবা লম।
মাঙবা ম্নারোই পোক্লফম লম॥



## পীনবীয়ু চংজকম অরোইবা মিক্কুপ্তা

ভাল্লবা লম্মাংদা খোম্থাং য়ৈরি  
ওক্লবা উমংনা অকিবা ফংলি।  
অহাংবা নোংদোম্না মপান নাইদরি  
খঙঙমদবা কোরৌনা মৈশা পীরি॥  
পাক্লবা সমুদ্রদা ঈরাওখোল তারি  
চাউরবা চীংজাউনা লেংদনা লৈরি।  
অচৌবা পামেন্না কোম্বা থুংদরি  
অশংবা লৌবুক্লা মিংয়েং ইংনরি॥  
থাজনা ইংলবা মঙাল য়েল্লি  
থবাই মিচাক্লা মশিং থীঙমদরি॥

মালংবা লীরি কাইদ হুম্রি
প্রকৃতিনা অহোংবা শক্লোন পুরি ॥
হায়নৈ তাইবং পাম্ববু শেম্বিরি
শোমৈ মাদি থৌজালগী মশক্তি ॥
পণ্ডলবগী নাকোংনদি তাবা ফংজরি
অহোংবা শক্তম মিৎনদি উজরি ।
নৈতাত্রবা বাখলনদি লাম্বা ফংজগ্রি
খল্লুরগা পুক্লিংনদি তনিক তনিক্লি ।
পুম্নমকসে ইবুংঙো মানা শেম্বরা
ওম্নমক্সে ইবুংঙো মাগী শক্লোল্লা ॥
পীক্ত পীক্লবা মক্লগী মন্নুংদা
অচৌবা মউনা লোৎতুনা নৈরি ॥
লীরি মালং শউমদি ফংলগা
খমগোন মাগী মশক্তি উদরি ।
পুম্নমকসিগী খুৎশেম নৈশেম 'ন্নুংদা
লোম্না থুপ্না লোৎতুনা নৈবরা ॥
হেঃ থৌজাল হৈরবা মপু ইবুংঙো
তোল্লবগী নৈয়েংনা গুণবু শকচগে ॥
পণ্ডলবগী মিৎসিনা ইবুংঙোবু উজগে
লমজিংবিয়ু পুন্সি পম্ভুং য়োনবা ।
থৌজাম্বিয়ু অরাবা তারবা মতমদা
পীনবীয়ু চংজফম অরোইবা মিকুপ্তা ।

হংজরিবা থম্মোইগী রাহং কয়াগী
পাউখুম্নিয়ু ননাইদা অচুম্বা পাউখুম ।
চীক্ত চীল্লবা নীলদ নীল্লবদসু
থম্মোই খোম্লাং য়েবা সুরবা ॥
নাপ চীক্লা লোম্না লোম্না
তাকপীয়ু অচুম্বা লম্বী চৎনবা ॥

ৈখরবা



অইবগী ফোংলবা —

১। লতাগী অউনপোৎ (উপন্যাস) ১৯৬৭

২। সুরগী বাৎমদা (শৈরেং) — ১৯৮৩

৩। শহীদ তর্পণ (শৈরেং) ১৯৮৪